# মিঙ্গল কাংলোল



মণিপুর সরকারগী অনিশুবা মনা ফংবা
দি সাইনীং রসায়না ক্লাব হোমগী
খুদোল লৈরাং

**Kj. Dhanéndrajit Singh**

# মিহুল কাংলোল

**(MIHUL KANGLOL or PULSE GUIDE)**
**[ILLUSTRATED]**

[আয়ুর্ব্বেদ এলোপেথিক অমসুং মৈতৈগী মিহুল কাংলোলগী
মরমদা অথুপ্পা য়া ইবা লাইরিক]

**অহানবা শরুক**



বৈদ্যরাজ, ডাক্তর ধনেন্দ্রজিৎ (ওইনাম) 'আয়ুর্ব্বেদ পোষক'
(মেম্বর ওফ ওল ইন্দিয়া আয়ুর্ব্বেদ বিকাস যোজনা ইউ, পী,)
[প্রিন্সিপাল, দি সাইনিং রসায়না ক্যুর হোম,]
ওইনাম থিঙেল শিংজমৈ বাজার ইম্ফাল।

**কোংহৌকচবা :**

শ্রীসেরাম উথোপ সিংহ
বুক ফার্মাসি
খোংমন মোইরাং পণ্ডিত লৈকাই, ইম্ফাল।

**ব্লোক শাবা :**

বুক ফার্মাসি
খোংমন মোইরাং পণ্ডিত লৈকাই, ইম্ফাল

**বাইণ্ডিং :**

বুক ফার্মাসি
খোংমন মোইরাং পণ্ডিত লৈকাই; ইম্ফাল

মমল : মখুম অথাবনা ৪·৫০ তনি।
মখুম অপাবনা ৬·০০ তনি।

---

নম্ম : দি মনিপুর কো-ওপঃ পব্লিসিং সোসাইটি লিঃ ইম্ফাল

# কথোকচবা

পম্বৌ পলেম অনিগী নশায় কোলদা,
নপারী নাওরা শারেপ ফাদবনা,
'থননা লৈহাপচম্বনা,
খমনুং কিকোয় লৌওনবী মুরা,
পাউথেম হৈবীনা ;
অচং থোংদি থিংলগা অশি
থোংদি হাংদনা ;
থোইযুম্ন লাইগী লিকলমদা পুবীগ্রবা,
খমনুং য়াইদা লৈরীবী হা '
পম্বৌ-পলেমও !!
লৈচিল থোংলোল হাংহনা মীৎয়েং,
শাংথৈবীরক্ত্রনা ;
পম্বৌ-পলেম অনিনা নপারীনা,
ফোংজবা মপুং ফাত্রাবা ;
"মিহুল কাংলোল" কৌবা লাইরিক'সি,
লৎনদনা লৌশিনবীয়ুকো অপোকপী !!

তোমবা নচা
ইবোপ সিংহ

## শৈহৌ শৈহেকচবা

*লাইনিংথৌ মনামহি মপুরেমবু*
*খুরুমজরদুনা থমাইবা, ডাক্তর, বৈদ্য-*
*নচিংবগী খিবিকপু, মিচল কাংলোম-*
*চিংবগী লৌশিং ডানবগীদমক*
*লাইরিক অসি ইশাহক্না ইথ্রি।*

## ঈকাঈ খুম্না কণ্থোকচবা

মতম-মতম অঙদা কম'বা হোৎনবদা ইমা লৈবাকপু,
পাইমা হুংজেং-খোইক্রেংননা রাখল' মহী চেনখিবা,
পোক্লফম লমদম হুংশিবী ! হায়না পাইমা পিবুক হুংচেৎননা
শরি নামুং লিহীংনা ভৎন-থান লৈতনা ;
পূক্লিং লোংবা তৌদনা রাশক' কিশী কিখিবা।
নোক্ল-নোক্ল হুংঙাইবনি লৌহুনা অরা হকশোক লাংববু
'থরাই খুবাক্তা হাপ্তু না হরাও' মাইয়োক য়াখিবা,
য়াইবী মাংবা কিদনা-তুংহন্নবা তৌদনা,
পোক্লফম লমদম লমহুংশি' থাগোন্দুনা চংখিবা !
হে-অথৌবশা ! মথোই' নফমদা হুংহিক্লবা থম্মোয়'সিনা,
"মিচল কাংলোল" কংচবা তিল্লাং-থোয়দাবীয়ুকো !

নখোয়বু হুংশিজবা,

তাং ১/১১/৬৬ তোল্লবা :— ধনেশ্বজিৎ

# সম্মতি

ডাঃ কবিরাজ ধনেন্দ্রজীৎ সিংহ ওইনামগী "মিহৎল কাংলোন" হায়বা লাইরীক অসী মপুং ফানা নৈনজরে। লাইরীক অসী মণিপুরগী অনৌবা খুদোলশিংগী মন্নুংদা লেখকী থোয়দোক্লা তোপ-তোপ্পা অমসুং খঙ্‌বদা কান্নরবা খঙ্‌ত্রবসু য়াত্রবা অমনি। মরুওইনা ডাক্তর-মাইবশিংগীদমক্তদি অচেৎপা লনগৈনি।

শ্রীনাথ নবরত্ন শাস্ত্রী
M.A., P.S.K.P. সাহিত্যরত্ন
Lecturer : R.D.S. Degree College
Allahabad.

# ৱারোল খরদং

ডাঃ খনেন্দ্রজিৎ সিংহনা ইবা "মিহুল কাংলোল" কৌবা লাইরিক মচাসি লোইনা পাজরে; পোইরে সনা লৈকোইপুংদা মৈতৈ ঐখোয়গী ঈপা ঈপুশিংনা মীওইবগী হকচাংগী মিহুলবু, কুপখনা য়েংলগা লাইনাবু মশক ইরাই লাইনা খংবা ওস্বগী পাম্বৈবু, অকাওবগী লৈরোল চললুরবা "মিহুল কাংলোল" অসিবু ঈনৌ নৌনা লৈথিবীরিবা ঈশানৌনা হৌজিক্কী মতমসিদা পৃথিবীগী মহুংদা অহে অসিংগী মরক্তা মৈতৈ জাটিগী মীশিং য়ামজত্রবস্ তমথীরবা অনাবগী খয়াক্তগী কলহৌনবা মমল য়াম্লবা, লাইরিক মচা অসি মীপুম খুদিংমক্না অমমমতং লৈবীহনা পাবীরবদি মহে য়াম্লে খনজগনি। ঈশানৌ অসিনা লৈবাক্কী কানম্লবগী মচাক ওইরবা লাইরিক অসিবু পুখোকপীরকপগীদমক হম্না হম্না থাগৎ-চরি মতুংদস্ মথল মথাগী অনৌবা লাইরিক কয়ামুকস্ পুখো-রকপা ওমসন্ন।

ৱাংখেমচা জয়
লাইরিকয়েংবম লৈকাই, অঙোম য়েক
তাং ৪।৫।৭১ ইং

# OPINION

I have gone through the book entitled "Mihul Kanglol" written by Kj. Dr. Dhanendrajit Singh "Ayurved-poshak" (U.P.)

In this book, the author has given detailed treatment on different nature of human pulsations and has chalked out all the varieties of pulse, Science or System recording various lines of ancient and modern diagnoses with particular reference to ancient practice of Meiteis.

I am sure this book will be of great help to those private medical practitioners and the students on this important subject.

Dr. L. Nebin Singh
Surgeon Great II
GENFRAL HOSPITAL
IMPHAL.

Dated, 6.5.71

# বাহৌ-বারোল

মৈতৈ লোন্দা হৌজিক মেডিকেল সাইন্স অমসুং লাইয়েং লোল ( বৈদ্যক শাস্ত্র ) গী লাইরিক তাংনা উরি। অসিগুম্বা অরাংপা অসি খজিক্তা ওইরবসু মেনখৎলবদিকো হায়বগী আশাদা লাইরিক মচা অসিবু ইথুংমক্কা মৈতৈ সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈলাংজনা খুদোল তমজরি।

ইং কুমজা ১৯৬৫ এপ্রিল থাদা মনিপুর আয়ুর্বেদ সম্মেলনগী বিদ্যালয়দা ওঝা মতেক খবা ওইরিঙৈদা ইজহৌবা লাইরিক্নি। লাইনিক অসিনা ইবোলগী সাহিত্য'লক্ত তিম্বদা থোইনসু লেমজবগা লোয়ননা, মিহুলগী মরমদা মরু ওইবা কয়ামরুম চংদবা যাদ্রবা অমদি খংবদা কান্নরবা রাশিং পাবীহনা অমুক্তং য়েংবদা ফংবীগনি। ঐনা মপুং ফানা নিংই মহুদি — লাইরিক অসিগী মহাও অমুক্তং তংলুরবা মী অহুদি শোইদনমক্কী মতিক চানা কান্নবা ফঙনি।

মিহুলগী মরমদা অচার্য্যশিংনা অশুম্না হায়রম্মী :— অনাবগী মিহুল খুংনা য়েংদনা (খুংফা ওইদনা), অপ্পগী লাইরিক্তা পারগা অশেংবা মওংদা মিহুলগী মরোল খংবা (জ্ঞান তাবা) ওইথোক্কে। মিহুল চাংয়েংনা মরম ওইহনা লায়নাগীসু লাইওং লেপ্পবগীদমক থোইদোক হেন্দোক্না অথৌবা বুদ্ধি (লৌশিং) অমসুং থোইদোক হেন্দোকপা নৈনবা, রাখল খম্বা চংই। মরম অসিনা লাইরিক

লাইগু নৈনবা (শাস্ত্র ভ্যাস) তৌবগা লোয়ন-লোয়ননা পায়হনা শোক্ক্‌না শন্নহনা যেংবগী থবক (যোগা ভ্যাস) তৌদবা য়াদে। অহান্বদা মশা ফবা মীগী মিহুলগী খোংথাং খঙনি। অহুগী মতুংদা অনাবা মীগী মিহুল য়েংবা তমগদবনি।

লাইবিক অসিনা ভারতকী লাইয়েং 'আয়ুর্বেদ' অমসুং অতৈ পেথী নত্রগা লাইয়েং পথাপশিংগীতা নত্তনা মৈতৈ লৈবাক মনিপুরগী পরম্পারাগী ওইবা মশাগী তোপ-তোপ্পা কাংলোন পরিং অমা লৈজে হায়বা ময়েক শেংনা তাকচবি অমসুং শুগাইনা উৎচরি।

মিহুল কাংলম খংবশিংগী মত্তা — মীওইবগী হকচাংদা মিহুল কড়োব অহুম মখাই লৈ। মতুদা মিহুল কযামুক্কা অপোৗবা অমসুং কযামুক অমনা কুপ্পী। মিহুল পুন্নকসি খোইদৌ ময়াঈদগী হৌবক্কগা খবনা মথক্তা, খবনা মখাদা অমসুং খরনা হকচাংদা খোইদ্রিং-খোইদ্রাং তৌনা শন্দোক্লি। মথক্তা পনখিবা মিহুল কড়োব অহুম মখাই অহুদগী মিহুল লিশীং হুম্ফ্‌তরা নিথোইনা অপোৗবা অমসুং মক ওইবনি হায়না লৌই। অসি-গুম্বা শিংলী মিহুল লিশীংহুম্ফ্‌তবানিথোই অসিদগী চাতরেৎতি খুনা খুনা মন্নুং হোই।

মথক্তা হাযখিবা শিংলী ৭০০ অহুনা হকচাং শিন্থ্‌ংনা পুনশিনবা-য়েন্থোকপ (খোইদ্রিংননা কোনশিন-খোয়জিন্না) অমসুং শন্দোকপগী থবক তৌই।

অহুগুম্বা শিংলী চাতরেৎ অহুদগী ২৪ দি চপ মান্ননা

চংলি। মহৌদগী অমমম ওইনা খুং ২ দা অনি অমসুং খোং ২ দা অনি শিংলী মীহুল মনি অসিগী চংয়েং তৌগনি। নিপাগী খুৎয়েৎ অমসুং [illegible] খোংগী অমসুং ফুপীগী ওইথংবা খুৎ অমসুং খোং ওইথংবগী মিহুল য়েংগনি।

মথক্তা হ [illegible] [illegible] অপুনবীসু শিংলী তনামরি অমদি অমুকসু হেন্না মরু ওইবা তপ্নইবনি হায়না লৌই। মহৌদি ইডা, পিঙ্গলা, সুষুম্না, সরস্বতী, [illegible], পূষা, হস্তিজিহ্বা, যশস্বিনী, বিশ্বোদরী, কুহূ, শঙ্খিনী, পায়স্বিনী, অলম্বুষা অমসুং গন্ধারী। ১৪ অসিদগীসু অমুক্ত [illegible] অমসুং অহুমদগীসু মিহুল অমদি পুন্নমক্তগী [illegible] [illegible] লৌই। অসিগুম্নবা পুন্নমক তগী থোকইদোক্লবা পৌদু ওইনা মিহুল অসিবু 'সুষুম্না' কৌই।

সুষুম্না হায়বসি খোইদৌ মরুদগী হৌনহনা নঙ্গনগী ময়াই চরুক্তী অশাংবা শরু [illegible] [illegible] [illegible] শন্দোকই। মীওইবগী হকচাংগী খোইদৌদা লৈবা শিংলা মিহুল মপেগী নওংসি [illegible] [illegible] [illegible] হকচাংদা ওইথংবা শরুক্তা মাগী [illegible] [illegible] শরুক্তনা মনাং হায়বদি মমৈ, থক্রোমদনা মাগী ওইথংবা খুং খোং অমসুং খারোম পাংবদনা য়েংথংবা মখুৎ মখোং লৈ।

অতুম ওইবা শিংলী মিহুলশিং শরোম থেংনগী মশক ওইবা 'থেঙ্' হুগী মচিন্দা অনি, মনাদা অমা, মখুৎ মখোংদা মঙা-মঙাগী হিসাবতা য়েং ওইনা মায়কৈ অনিমক্তা শিংলী মিহুল কুননি। মতৌ অসুম্না পুম্না শিংলী ২৪ মহুদা লৈ। ফুপীশিংগী মিহুল

শিংলী শয়োম অসিগী মচিলছু মথক পাংনা অমসুং নিপাশিংগীনা মথাদা লৈ। মরম অসিনা নিপাশিংগী মিহুল য়েংতা অমসুং হুপী-গীনা ওইথংবা খুংতা য়েংই। নিপাশিংগী য়েংথংবা নাকন্দা মিহুলগী শিংলী লৈবছু ;থেঙ্, অছুগী ওম তৈনবনা মরম ওইহুনা হুপীশিংগীদি ওইরোম থংবা নাকন্দা লৈ। মরম অসিনা নিপাগী য়েং অমসুং হুপীগী ওইথংবা খুংকী মিহুল য়েংনৈ। মতাং অসিদা মিহুলগী লাঈশিংগী মরমদসু খুরদং পঞ্জরক্কে। রাফমশিং অসে আয়ুর্বেদ শাস্ত্রগী মত ভাক্তান ; মছুদি 'বায়ু' হুংশিংকী মিহুলগী মপু (লাঈ) দি ব্রহ্মানি, 'পিত্ত' ঈ (মৈ) গী শিংলীগী মপু (লাঈ) দি 'শিব' (মহাদেব) নি, অমদি 'কফ' (লোক ঈশিং) গী শিংলী (মিহুল)গী মপুনা বিষ্ণুনি। তৌঈগুম্বসুং অতোপ্পা লাঈনিংহল ( মুনীশ্বর ) শিংনা অসুন্না অমুক হায়রবম্মী 'বায়ু' (হুংশিং) কী লাঈ (মপু) না হুংশিংনি, 'পিত্ত' (মৈ, ঈ, মশিঙ্খা) গী লাঈ ( দেবতা ) না 'কোয়োহনবা' হুমিংনি অছুগা 'কফ' (ঈশিং, লোক) কী মিহুলগী লাঈনা লোঈদাম থাজ থাবুংতোন (চন্দ্র) নি।

মিহুল য়েংবগী মথৌ, কান্নবা ; তৌদবা য়াদবা করিগীদমক্কো ?

আয়ুর্বেদগী মত মতুং ঈন্না মিহুল চাংয়েং (পরীক্ষা) তৌ-বনা হকচাংগী মৈ, ঈশিং, হুংশিং হায়রিবশিং অসিগী অশোয়বা অকায়বা মরাল ( দোষ ) শিংগী তোঙাল তোঙালবা ফিভম শক্রোল নত্রগা অছুম ওইবা লাঈনা অছুগী চাংয়েং তৌগদৌরিবা মছু হুংশিংনা ভন্না ওইবনি; 'পিত্ত' ঈনা মৈগী মরালনা ওইবনি

নত্রগা ঈশিং "কফ" দগী পোকপনি নত্রগা মে, ঈশং অনিগী অপুম্বা মরালদগী ওইহল্লকপনি৷ নত্রগা অহুম্মক্কী অশোইবা, চুম-দবা মরাল (দোষ), ওম্ন তৈনবদগী পোকপা অহুমগী অপুনবা মরালনা ওইহল্লকপা (ত্রিদোষ জনিত) নি হায়বা খংই। লোয়ন লোয়ননা মসিমু খংই মতুদি লায়না অহু যগনি, লায়য়েংবা য়া-গনি নত্রগা ফররোই হায়বনচি বা৷ য়াবম পুন্নমক অসিগী খংন-বগী লেপ্পা অহু মিহুল চা'যেং (নাড়ী পরীক্ষা) না ওই।

লাইরিক অসি পাবীরিবা হুদু ওডা ইবেম্মা অমসুং অথং অহৈশিংগী মফমদা শন্নপ্পা নিংশি জানিংবা য়া অমনা ঃ— লাইরিক অসি পাবীবদা মৈতৈগী মিহুল বা লানগী মতাংদা য়াওরিবা, যাত্রা লাওবা অমসুং মিহুলগী মমি না স হুত লোলনা লম্মথাংদা ওম্মোক্লমলিবা মওং অহু খনদি থংন থমজবে। মবমদি মৈতৈগী তোপ তোপ্পা (মশাগী) হান্না লৈজবা মমিং মথাবু [ওম্মোক্তনা মৈতৈবু অসুম্না লমজি খি। সং হে ভ্রিক ফাওবদা অসি ফাও-বগী চাংদা মচু কোকত্রি হুববা ইৎন্নবগীদমক ময়েক শেংনা ওম্মোলপ্পা মমিং অহু অহুম ইজরবনি। মতুংগী খুৎফোং[Edition] দা হান্নদি অসি কৌবম্বনি হাববহু ইজগনি। লাইরিক অসিগী মশাদা অখং-অহৈ কনাগুম্বনা ভাকপিনকপা পাওতাক করি লৈবগে হায়না খম্বজগনি অমসুং য়াবমথে কুপ্পা নৈনরবা৷ খম্বরবা মতুংদতা লৌশিজগনি। অদুবু ভাকপীরকপা অপুম্বদি মালেম লৈদা ভাহন্দনা ফিগাও শাজগনি। ভবমথে অচুম্বা ফজবা মশক ওইহন্নবা হোৎনজগনি। 'মৈতৈগী মিহুল কাংলোল' গী মতাং

খরদি "আরোগ্য" কৌবা চেফোংদা প্রাকৃতিক চিকিৎসক ৺যোগেন্দ্রজিৎ সিংহনা সম্পাদক ওইরিঙৈদা কনাগুম্বা অমগী মিংদা লাইরিক অসিদগী চপ মান্নবা শিন্দোক্তুনা ফোংখি। মহৃস্নু লেখককী লাইরিক অসিদগীনি হায়বা খংবীনবা অমসুং কনাগুম্বনা চিংনবীদনবগীদমক মতাং অসিদা শয়প্পা শেংদোকচরি।

খাইগী তোপ্লবা :—
লাইরিক লেংবা।

# হিরম লাতম


| হিরম | লাতম-মশিং |
|---|---|
| ১। মিহুল য়েংনবগীদমক খনগৎলবা পথাপশিং | ১ |
| ২। মতিক চাবা মিহুল য়েংবা মী | ১ |
| ৩। মতিক চাদবা মিহুল য়েংবা মী | ১ |
| ৪। মিহুল য়েংবদা মতিক চাবা অনাবা | ২ |
| ৫। মিহুল য়েংদবা মতিক চাদবা অনাবা মী | ২ |
| ৬। মিহুল য়েংবগী মতিক চাবা মতম | ২ |
| ৭। থাদোক্কদবা মতম অমসুং ফিভমশিং | ৩ |
| ৮। মশা ফবা মীগী মিহুল | ৩ |
| ৯। অফবা মিহুল | ৪ |
| ১০। ডাক্তবগী মত মতুং ইন্না মিহুল য়েংবা | ৪ |
| ১১। মিহুল চাং নাইদবা | ৫ |
| ১২। মশা ফবগী মিহুলদা মিনিট খুদিংদা হুব্বা মশিং | ৬ |
| ১৩। নিংসা হোন্দোক হোক্লিন অমদি মিহুলগী চাংদম | ৮ |
| ১৪। মিহুল চোংবগী মশিং হেনগৎপা | ৯ |
| ১৫। মিহুলগী খোংথাং নত্রগা মান্নবা | ১১ |
| ১৬। অনিরক থপ্পা নত্রগা হুব্বা মিহুল | ১২ |
| ১৭। অহুম্রক হুব্বা মিহুল | ১২ |
| ১৮। পোথাবা নাইবা মিহুল | ১৩ |
| ১৯। হোংবা নাইবা মিহুল | ১৩ |

| হিরম | লায়রিক-মশিং |
|---|---|
| ২০। ওয়া তৈনবা মিহুল | ১৩ |
| ২১। লোংথাং কম্বা মিহুল | ১৩ |
| ২২। মিহুলগী অপোবা অকুপ্পা চাং | ১৪ |
| ২৩। মিহুলগী পাঙ্গল | ১৪ |
| ২৪। মিহুলগী অচেৎপা মতৌ | ১৪ |
| ২৫। মিহুল য়েংবগী মকম | ১৫ |
| ২৬। মিহুল য়েংবগী পথাপ | ১৭ |
| ২৭। ফম্ফম ফিরেপ | ১৭ |
| ২৮। খুৎকী ফিভম | ১৮ |
| ২৯। অঙাংগী মিহুল য়েংবা | ১৮ |
| ৩০। মিহুলদা খুৎনা শোকপগী পথাপ | ১৯ |
| ৩১। মিহুলগী ফিভম | ২১ |
| ৩২। মিহুলগী খোংপাং মথল | ২৩ |
| ৩৩। মিহুল য়েংনবা খুৎলাই | ২৪ |
| ৩৪। মথল মথা অযাঙ্গ' লায়নাশিং'দা মিহুলগী খোংথাং | ২৯ |
| ৩৫। হিঙ্গনি শিগনি তাকপা মিহুলশিং | ৪৬ |
| ৩৬। মৈতৈগী মিহুল কাংলোন | ৫১ |
| ৩৭। শিবগী মিহুল | ৫২ |
| ৩৮। শিবগী অকুপ্পা মিহুল | ৫৬ |
| ৩৯। হকচাংগী মশক, কায়াৎশিংদা লৈরিবনচিংবা শুগায়না তাকপা | ৬১ |
| ৪০। লাইওং লেপ্পদা লুংঙাইনবা অশম্বা রা | ৮৬ |
| ৪১। মিহুলগী নৈশা | ৮৯ |
| ৪২। ঈগী লুমথবা চাং | ৯৩ |

# মিহুল কাংলোল

## মিহুল য়েংবগী লৌখংলব পথাপ (নিয়ম)" ।

মিহুল য়েংলিবা মাইবা নত্রগা ডাক্তর অহূ মপূক তম্না, অঙিংবা পুকচেল চেম্বগা লোইননা য়াম্না হৈ-শিংবা ওইগদবনি । মিহুল য়েংলিবদা মপুক্কিং লুপকদবনি । মহাক্না খোংদোক হেন্দোক্না লুরবা থবক্তা পুক্কিং হকচাং লুপ্না চংথরি হায়বা অসি থজদবনি অমসুং কাওরোইদবনি । পুন্নমক্তগী চাওরবা নাদ য়েক্ত তিক্কং লায়চংদনা পান্দুনা পুক্কি তুংখাংনা পাংথা পাম্বু মাংহন্দলিবা লায়নাশিংগী তুংকম মিহুলনা লেপ্পি । —"যোগ রত্নাকর" মতিক চাদবা মিহুল য়েংবা মী, পুক্কিং লুপশিন্দবা, হাথল পুক্কিং তম্নাং তশোইবা তথক-তথকপা মাইবনা অচুম্বা মিহুলগী শক্রোল থংবা ঙমদে । মাইবা অহূ অমাংবা, ঈশিং চংপা, তুম্লিংবা অরাম খোরাংবা অসিনচিংবা চেন্নবদি, নত্রগা অপাম্বা, কল্লকপা মিহোবা, অশাওবা অসিনচিংবা পুক্কিংগী নারোংশিং চেন্নবদি মিহুল জ্ঞান তাবা ওইথোক্তে । অপাম মুংশি কামজাও হনবা অমসুং ময়াই কাবা থক চাবা মাইবা (—বৈদ্য) না মিহুল য়েংবা অয়াবা মকমদা লানগনি শোই । হিরম অসিদা "নাড়ী দর্পন" দা অঙ্গনা ইরি :—

মিহুল য়েংবদা মন্তিক চাবা অনাবা—মীহুল য়েংহনবা মতমদা অনাবত্তগী পুক্রিংদা মুংশি মুংস্তোলগী অপাম্বা. অশাওবা মরাইকাবা. কল্লক কনশাওবা, শাওনিংবা অসিন্'চংবা রাখল লৈরোইদবনি। নত্রবদি মত্তগী মমি নত্রগা "প্রভাব" অহু মি-হুলদা তারকপদা লাইনা লাইওং লেমদা মরেং অপল থোকল্লি। অহুগা অরাম্বা. থৌরাংবন'চ'বত্তু অনাবা মী অহুদা লৈহনফদে।
—"নাট্টাদর্পন" দা ইরিঃ -

খোং হাম্বা (মাংবা) ঈশিং চংপা লোইরবা মতুংদা অনাবদা পুক্রিং ভুংশাইনা কমগৎ'নি। অনাবা অক্ত চারুচিংবা চাত্রিবা অহুদা ওইরবদি মিহুল য়েংবগী ভাব [জ্ঞান] নিংথিনা তাই।

মীহুল যে-নগীমক -িক চাদবা অনাবা মী :— মখল মথা অরাম্বা পুক্রিংগী মওং [বিজ্ঞান] লৈবা অম'দ অনাপা থৌরাং বনচিংবা মশাদা তিল্লবা, চাশিন-থক্চিল্লবা, য়াম্না দুনা চেল্ল-হুনা লাকপা, তুম্নিংব অত্তনবনা মশাদা তিল্লবা, লম্বা লম্মথাংদা ওইরবা, মিনম্বা অমসুং থাজনিংদাই ওইদবা - ওইরবা; লাইনা-রদি নত্তহুনা লৈ'মবু চাংযে তোবা লাকপা, লংনগে লাকপা ওইরবদি অহুগুম্বা এাওইশিং অহুগী মিহুল য়েংলোইদবনি।

<u>মীহুল য়েংবগী মন্তিক চ'বা মতম</u> :— মিহুল য়েংবগী থ্বাইদগী খুদোংচাবা ভাঙ্গাদি প্রাত কালগী গুমিংনা হেক থোক-পদগী প্রহর অমা ফাওবসিনি। মসিগী মরমদি অহিং চুম্ম পোথাকবনা মরম ওইহুনা হকচাংদি থোইদোক হেন্দোকপা ম.হী-শাগী ওইবা ফিভমদা লৈ। মাংথোকথিবা ঈশিং চংথোকথিবনা মরম ওইহুনা পুকসি হাংহুনা লৈ। পুঙ্কিলা ভগখবা থৌনা

অমসুং শান্তি লৈ। বৈদ্যস্ত্র মতম অতৈগী অয়ুক্তনা হেন্না-পুক্নিং থুপথনা অমসুং জ্ঞান তানা লৈ। তশ্বাই কদবা তাঙ্গা দাক্রবদি মিহুল য়েংবগী মতম নাইদে, শায়বদি মতম অমদা হেক্তা য়েংবা য়াই। মথল মথা অগ্নাম্বা মতমগী মিহুল—চকচাং নাম য়েক্তনা ফলা লৈবা মতমগী মীহুলসি অয়ুক্কী মতমদা য়েংই মৌই। তুমিং য়ুংবা মত দা শাগংলি অমসুং তুম্মিদাং য়াইরমদনা থোংজেল থুবা ওই। ঙ'হ'গা পোথাবনিনা মিহুল য়াংনা চংঙে।

## থাদোক্কদবা তাঙ্গাশিং

বসবরাজীয়ম'' দা শন্দোক্লা লাকলি। মথুদিং ইরুবা, চাকচাবা, থকপা অমসুং ঈতিম্নবগী মতুংদা, তুমিনংলবা তিক্তমদা, চপা হ্থ্বা মতমদা, করাম্ব থৌদাগী মতমদা অমসুং কপ্লি-দৈদা মিহুল য়েংলগা শানা থি তশেংবা মথক ফাবা ঙমদে। মতৌ অমুম্না থরাই ৩ মা তোংশিনবা (চো শথ্বা) মাইবীচংবা, তুং চংবা, হিংচাবী চংবনচিংবদা, য়ু থকপদগী জ্ঞান মাংবা অমসুং শারৈ হৌ-বদগী চোকথরগা হকচাংদগী মিহুল য়েংবা চপ চানা থংবা ঙমদে।

মশা ফবা মীগী মিহুল :—"শ্রীরাবন''না "নাড়ী পরিক্ষা''দা ইবিরম্মা। মশা ফব মীগী মিহুলদা মগাম্বল কপ্লি, তশেং তশেংই। মতু থোংথাং মমদা ওইনা চলি। থোংথাং মসিগী করবা চাদম অমদি তিক্তাঙ্কী থোংথাংন। মসিগী থোংথাংদা য়াম্না য়াংশিনবা ওইদে অমসুং মাঙ্গা তপথবা ওইদে। মসিদা ঈ নত্তনা অতোপ্পা কাম্নদবা শেংদবা পোং হারবদি, লোক্‌নবা, তোলহাও অমসুং অথাংবা (থি) অসিন্নচিংবা চেন্দে।

'শারঙ্গধরসংহিতা' দা অথোইবা মহৌশাগী শক্লোন (লক্ষন) গী মরমদা অস্মুম্না তাক্লি :— অহুঙনা নিপাহূগী পুক্লিংগী মৈ কল্লবদি মহাকী মিহুলহু লৈচং তাই অমসুং মপাক্লল কল্লি। অরাম থোরাংবা মীগী মিহুলদি মমাই থকই। চাক চাখ্‌রবা মতুংদদি মিহুল মরাই লুকই (তপ্পী)।

অকবা মীহুলঃ— 'বসবরাজীয়ম' দা অস্মুম্না অমুক বর্ণন তৌরী :— মীহুল শিংহু তশেংনা নিংখিনা, তশেং-তশেংবা ওইবা মশাগী লৈকম থোকপা মফমদা চুম্না লৈরবা, তথক্তবা অমসুং তপথমন্দবা অসি কৈ। হুকচাং কবা মীগী মিহুলগী খুৎচোং .— খম্মোয়গী ওইথংবা হুল্লিবা শরুক্তী খুৎচিংদগী অহুক ম্নাঙা ঈ শিংলিদা লাকই। অহুঙনা ঈহুগী ঈথক ইপোমদগী মহূদা কাপ থংপা অমা থোকই। ঈথক অহু অস্মুম অস্মুম চখরক্লগা মমৈদা কাপথংপা অহু লোইখি। অদুগা ঈপুবা অচৌবাশিং লৈহূগী মশাগী ওইজবা ফিত্তমদা অমুক হনজিন্না ওই। অমুক হন্না খম্মোয়গী মিহুলকমগী লিচিং খুৎচিংদগী ঈদা অনিঙবা ঈথক অমা অমুক থোই, মহূদগী অমুক হন্না কাপথংপা অহু থোই। কাপথং কাংথংলিবা অনিগী ময়াইদা মতম লৈবা খি-বিক্তা ঈ-পুবা শিংলিনা মশাগী হাক্লগী ওইজবা ফিত্তমদা অমুক হনজিনকই। অসিগুম্না কাপথং পোংথংপা অসিমক মিহুল য়েংবদা থংই। মাসিবু খুৎখপ খুৎচোং নত্রগা হুম্না হায়না খংনৈ। মশিবু শোক্তুনা পায়ঠুনা মাইবনা লাইওং লেপ্পী।

তাক্তবগী মত মতুং ইন্না মিহুলগী চাংয়েং:- তাক্তবগী মীহুল য়েংবনা খম্মোয়গী শকক্তম ও বস্থা, লাইহৌ অসিনচিংবা অনাবগী

কনশিন হেজিল্লকপা, হকচাংগী পাঙ্গল ফবা নত্রগা পোম্বা অমসুং হিংনবগী পাঙ্গল হুম্বরকপা অসিনচিংবা ৱারম কয়ামরুম থাই। মিহুল চাংবেং তৌবা এতমনা মহোশানা মথাদা ইরিবা হিরমশিংদা পুক্নিং চংগনি।

১। মিহুল চোংলিবত্থগী মশিং।
২। মিহুলগী খোংচং নত্রগা মারবা
৩। মিহুলগী মরাক্ ময়ু-গী অপাক-অশাং।
৪। মিহুলগী মপাঙ্গল।
৫। মিহুলগী এরা চেংশা কয়গী মতৌ।

## মিহুলগী চাং নাংদবা।

থকলোমদা কাখৎলিবা চৎলিবা ঈ পুবা শিংলীগী মরু ওইবা লুচিংলিবত্থগী ঈ চিংশিন্থগী শায়বত্থবা, ঈ পুবা শিংলী অতোপা (মচা) অত্থদা য়েং থ বরোমগী খারোম পাংবদা চৎলিবা ঈ পুবা শিংলী মচৈদা অমসুং নাকলোমগা ঈ পুবা শিংলীদা অপোম-অতং, মাইরোং শিংচাবী (Tum ·ur) তৌরবদা য়েংথংবা থুংকী মিহুলগী চাং পিকথৈ। পাকথোক-শাংদোক্না শন্দোক্লিবা মাইদগী হেন্না চাওবা ঈ পুবা শিংলী, খারোমদা শাংথ-লেংথরক্লিবা মাইদগী চাওবা ঈ পুবা শিংলী, ওইথংবরোমগী খারোমদা ঈ পুত্থনা চেক্লিবা শিংলী অমসুং ওইথংবা মাইকৈগী নাকথং ওইনা খা-রোমদা চেক্লিবা ঈ পুবা শিংলী অমসুং ওইথংবা নাকী ঈ পুবা শিংলীদা পোম্বা-তংবা তৌরবদা ওইথংবা থুংকী মিহুল পিকথৈ।

থৃং অনিগী মিহুন্না করিগুম্বা চপ মান্নদবনা অমগীনা পোম্বা হুম্বা অহুগা অমগীন' পিক্না হল্লবা, ঈ পুবা শিংলোগী থোংশা অহু 'মত্রেং তাবা ( হল্লবা ) ওইরবা ঈ পুবা শিংলোদা চপ-মান্ননা অথিংবা অমা থোকপা অমত্তুং ঈশৈ শরুক থুরা শেমগৎপা-হেনগৎপদগী করিগুম্বা মিহুনদা কাবিগুম্বা মত্রোং অমগী অথিংবা ( অপম্বা ) থোক্লকলবা নত্রগা শিংলোদা শোকপা-পম্বা-থিনগাই-রৈথাইবা থোক্লবা নত্রগা অপোম অত্তং তোবদগী অনম্বা নত্রগা তুকথবা ( Beat ) ওইরকই, অহুম ওইরবা অমা থৃং অনিগী মিহুন্দা অমত্তা ওইবা মান্নবা ওইদে।

মশা ফবগী মিহুন্দা মিনিট থুদিংগী চোংবা মশিং।

ডা, আই, ডী, জোন এম, ডী ( আমেরিকা ) না ইথিরম্মিঃ -

মহুদ্দ :— চহি পংনো নোবম্ব নত্রবা লিবম্ব মচ্রিবা মশা কবা মীওইগী মতমদা তিঙ্গেল লায়চেন্দবা মীশক অমগী মিহুলনা চোংবা অসি মিনিট থুদিংদা ৭০ দগী ৭৫ রক কাওবা টাংই। তোইগুম্বসুং পথাপ অসিমক্তা অরেপ্পা মওইবে হাম্নবদি নত্তে মমমদি মসিনি, মহুদি — মী কন্নামক্কদগীনা চোংবা (স্পন্দন) অসি মিনিট থুদিংগী ৫০ রক ওইরবদসু মথোয়গী হকচাংহু মপুং ফানা কন্ননা লৈ। অদুগা কনা কনাগুম্বদদি চোংবসি মসিদগীম্বু হন্নে। লোইন লোইননা অম্বম্বসু উই মহুদি-কনা কনাগুবদি মিনিট থুদিংদা ৯০ রকসু চোংহ। হকচাং মপুং কা-লংলকপা শেমগৎ-শাগৎলকপা, চাবা থকপা যুম্ন-ইকরৈ ঙুপী

মুপানচিংবা থাইবগী মতুং ইন্না মিহুল চোংবদা অদুখাই অদেন নাই। মমাগী নাওয়াম্নুংদা লৈরিবা অঙাংগী মিহুলগী খোংথাং মিনিট থুদিংদা ১৫০ রক নৌনা পোকপদা তাইরিবা অঙাংগী মিহুলগী খোংথাং মিনিট থুদিংদা ১৪০ দগী ১৩০ ফাওবা অহানবা চহিদা অঙাংগী মিহুলগী খোংথাং মিনিট থুদিংদা ১৩০ দগী ১১৫ ফাওবা. অনিশুবা চহিদা মিহুলগী খোংথাং মিনিট থুদিংগী ১১৫ দগী ১০০ রক। অহুমশুবা চহিদা মিহুলগী খোংথাং মিনিট থুদিংগী ১০০ দগী ৯০ রক। চাওরাক্লা চহি ৭ কী অরুবাইদা ৯০ দগী ৮৫ রক চাওরাক্লা ১৪ শুবা চহিদা ৮৫ দগী ৮০ রক। মীয়াই চন্নকপদা ৭২ দগী ৭০ রক। অহল তাইরকপদা মিহুলগী খোংথাংসি মিনিট থুদিংদা ৬৫ দগী ৫০ রক। নিপা নত্তনা নুপীগী মিহুলগী খোংথাংসি মিনিট থুদিংদা ৬৫ দগী ১২ রক হেল্লি। অতৈগা ফমচু-ন লৈবদগী লেপ্পুনা লৈবনা মিহুলগী খোংথাংসি মিনিট থুদিংদা ১০ দগী ১২ হেল্লি। হকচাং শাকোক তৌবা নত্রগা জগোই শাকবদা মিহুলগী খোংকাপ ৭৫ দগী ৯২৫ ফাওবা অমত্তং করি করিগুম্বদা মসিদগীসু হেল্লি।

### মিহলগী মরাল (দোষ) মতুংইন্না খোংচৎ।




নুংশিৎনা — তিনকা অমসুং লিনগী খোংখাং ( খোংচৎ )।

মৈনা — হওোই অমসুং কাকী খোংখাং।

ঈশিংনা — খুমু, তাহু কাংআগী খোংচৎ।

**“নিংশা হোন্দোক-হোজিন তৌবা অমসুং মিহলগী চাংদম-ফিরেপ”**

নহা ওইরিবৈদা থবোক্লোসি অয়াম্বগী ওইনা মিনিট ১ দা ১৮ লক শুপচিন্না অমসুং ফন্দোক-শন্দোকপা ( নিংশা হোন্দোক-হোজিন ) তৌই। মতম অচুম্বক্তদা থবোয়সি অমাম্বা খ্বাইগী ওইনা ৭২ লক শুপচিন্না শন্দোকপা নত্রগা নিংশা শোর কাম্বোক

কামশিন শান্নহনা লৈবা ওই। মতৌ অসুম্না থবোন্বীগী শুপচিপ্বা শন্দোকপা অমসুং থম্মোয় নত্রগা শিংলো-নাওরাগী মুংশিং কাম-থোক কামশিন শান্নরিবা মতৌদা ১:৪ গী চাংদম্নবগী মশক ওইবা ফিরেপ ( মতমগী অপাক অশাং ) (= অনুপাত) ওই।

## মিহুল হুম্বগী মশিং হেনগৎপা

মখল মথা কয়ামুক্কী লাইহৌদা, মৈশাগী মতুং ইন্না মিহুলনা চোংবগী মশিং হেনগৎলি। মসিডা নত্তনা মাংকৈগী ওমথৈদা লোম্নবা লিরী তিংগুম্না শাংথ লেংথিবা অমদি শন্দোকথিবা অহৃদা হুস্তনা অমুক লাকপা, পুম্নমক্কী চাওরবা ঈ পুরিবা শিংলীগী হুন্দুনা লাকপা অ'সনচিংবা থমোয়গী মওংগী ওইবা লায়নাশিংদা ঈ শারৈ ঈ য়াম্না থাংত্রবা নত্রগা কা হেন্না পাজল শোথদা মিহুল হুম্বগী মশিং হেনগৎলি। অসিগুম্বগ থেংনৈ, মহুদি থমোয়গী করিগুম্বা থোইদোকপা শান্নবা অমা লৈত্রবসু থমোয়গী থবকসি অরেম্বা "মতম মুংশাংবা" মওংদা নত্রগা মতমগা চুনবা মাখলদা য়াংনা অমদি থৌনা তৌরকপা য়াওই। মসিবু য়াংনা নত্রগা থুনা চৎলিবা থমোয় কৌই। অনুগুম্বা মখলগী থমোয় পাথ্বা মী-ওইশিংগী মিহুলগী হুম্বা মশিংজ লেংদবা অমদি তুং তাবা ( পার্মেনেন্ট ) নত্রগা মতমগী মতিক চাবা মওংদা লৈবসি মিনিট খুদিংদা ১০০ দগী ১৫০ ময়ক নত্রগা মহুদগীসু হেন্না হুন্নি।

মিহুল হুম্বা মশিং কম্বা করি করিগুম্বসু য়াওই, মহুদি মিহুলগী থোংথাং নত্রগা মহুগী মিনিট খুদিংদা মশিং হুন্নৈ। অমুক্কদা

লাইহৌ থাখিবা, মতম কয়ানিমূক ( মুংশাংনা ) করিগুম্বা লায়না অমনা নারুরবগী মতুংদ', নাকবা মতুংদা শোম্বা, থবোম্বাগী শা-গৎপা লায়না ( ন্যু:মোনিয়া ) মুংশিংনা পোমথংপা (বায়ু স্ফীতি) ইনফ্লুএঞ্জা, ভূবতী মুংশিং অশাবগী লাইহৌ হায়বদি টাইফোইড মসিবু ডাক্তরী মততা বসিলাস টায়ফোসস কৌবা অকুপ্পা মহীক মথল অমা পুক্তা চংখিবদগী হায়রিবা লাইহৌ অসি ভৌবনিং অসুপ্পা লৌই।

আয়ুর্বেদনদি অসুপ্পা হায় — মুংশিং. মৈ অমদি ঈশিং 'দোষ' [মরাল] অহুম অসিনা ফত্রগা লাইহৌ অসি পোক্কই। মরম অসিনা মসিবু "ত্রিদোষজ" হায়বদি মরাল অহুমগী পোকপা মত্রপা মুংশিং মৈ ঈশিংদগী থোকপা নত্রপা শম্না হেক্তা "সন্নিপাত" হায়রগম্ব থংনৈ। মথক্তা হায়রিবা লায়নাশিং অসিদা অমমুং মিৎ-খুজিন-হকচাংগী কুচুনচিংদা নাপু মচু মাম্বা লায়না নত্রপা কুম্নাইনা, ঈশিং মরিগী লায়না, কোক লুপ্বা, কোক নাকন নামা চিকপা; কোক্তা মমুংগী মপ্রাম [ কুয়োম ] দা শাগৎপা; শারৈ লম্প্রাই. চাবা তুমনবগী অরিবা লায়না, থমোয়গী থবক পুরিবা মচাক [যন্ত্র] শিংগী অকায়বা মওং, অশেংবা থমোয়গী থোংচৎ থিংবা [থবক লেপ্পা] অসিনচিংবা লায়নাশিংদা থমোয়গী থোংচৎ অসি তপথরকই। করিগুম্বা মতম অমদা থমোয়গী থবকসি ম্নাম্না তপথরকই, মসিদা করিগুম্বা থমোয়গী লায়নাম্ব য়াওরমদবা য়াই, তপগী অনাবগী থমোয়গী থবক অচুমক্তা তপথরক্রবদি, অহুম ওইবা থোংচৎ তপবা থমোয়দা মিহুম্না হুযগী মশিং ৪০ মক

নক্রগা মন্নদগী হেন্না ভপথবা থেংনৈ। অমম্নং মতম অহুদা মপুং ফানা পুমথিং থিংবা ফিভমতু লাক্লবদি মিহুল শোম্বরকই অমম্নং ফিভম অসিদা মিহুন্না হুবা অসি মিনিটতা চাওরাক্লা ৩০ রক ওই। মসিদা মিহুলগী থোংথাংদা থেন্নদে। "শুমা" হায়না কৌবা যাইরো হিংচাবী [ শাথিবা অপোম্বা জাৎ অমা ] অপোম অতং পৌনশন্ন। ঈদগী পোকপা লান্নবা শংম্নং ডিজিটিলিস হায়না কৌবা হিদাক্কী থবক ( ক্রিয়া ) দগী মসিগুম্বসি ওইরকপনি। মশিংগী হম্বথা হেনগৎপগী মতুং ইন্না মিহুলগী থোংথাং :- মিহুলগী হুবগী মশিংগী হম্বথা হেনগৎপগী মতুং ইন্না মিহুলসি য়াংবা নক্রগা মরায় লুকপা হায়নৈ। এলোপেথিককী লায়য়েং লাইরিকশিংদা মসিগী মখল অহুম থোক্লা শিংথাই পৌই)। (১) অথুবা নক্রগা অয়াংবা মিহুল — মিহুল য়েংশিনবা মাহুনী থুৎচাদা য়াংনা থুনা চৈকু পিরকই।

(২) অথৌবা মিহুল — অহুপ্পা মিহুল য়েংশিনবা অহুগী মথুক্তা অথৌবা, মচিল পানবা মচঙ্গ ভুম্বগুম্ব রাথল অমা পোক্লা চৈফুগী।

(৩) অমেংবা নক্রগা অকুপ্পা মিহুল — মিহুল য়েংশিনবগী খুদোম্নীদা তপ্পা তপ্পা চৈথেং ফাওই।

মিহুলগী থোংথাং নক্রগা মান্নবা "ভাম্ব।"

থমোয়গী অশিংবা থোম্বোক্লা লোইননা মিহুলগা করিগুম্বা মরি অমত্তা লৈনদে। থমোয়গী অহাম্বা থোম্বোক্কী হেক মতুং তাৎদা পিহুলনা হুদ্নগা অমগা নহুং ভাইহাত ওইনা লেপ্পী।

মসিগী মতুংদা অমুক থমোয়গী অহাম্বা খোঙ্খোকী মতুং অহুদা মিহুম্না হুপ্লি, অদুগা অমুক মিহুম্না মিংকুপকী ওইবা তাঙ্গাদং লেপ্তুক তৌই। মতৌ অসুম্না মিহুম্না হুম্বা অমস্তুং হাইরপ পোথাবা অসি অতংপা লৈতনা তৌহুনা লৈ। করিগুম্বা মিহুলগী খোংচৎ (তাম্বা) নত্রগা মান্নবা অসি মহোশাগী ওইনা মশাগী হৌনবী ওইনা তৌরবদি হুম্বা খুদিংদা মিহুলগী হুম্বগী ঊথক ঊহুল মান্নবা মওংদা তৌই অমস্তুং মিহুলগী পোথাবস্তু মতম চপ মান্নে।

### অনিরক হুম্বা মিহুল

থমোয়গী মহোশাগী কোনসিন খোয়্জিগ্বগী মতুং তাবদা অমুকস্তু মথল অমগী অতোপ্পা কোনসিন শুপচিম্বা (চিংশিন পিকশিম্বা ('আবুঞ্চন") অমা থোকই, অমস্তুং মহুগী মতুংদা অশাংবা চৈরক তাল্লক হান্নবদ শু'ইহাক শাংথনা লেপ্পা তত্তনা তৌরবদা মিহুল অনিরক চোংই। অমহিক্তি অতংপ লৈতনা মিহুলগী মথকীস্তু মথক্তা অনিরক হুল্লী অমস্তুং অমুক্রক পোথাই [লেপই]।

### অহুমলক হুম্বা মিহুল

থমোয়গী হৌনবী পিকশিন তাশিম্বা খুদিংগী, মতুংদা অনিস্তু নত্তবা চিংশিন পিকশিম্বা অমা থোকই-তৌই। অমস্তুং মসিগী মতুংদা অমুক ভাইহাক্লংদগী ওইনা কান্নে [পোথাই]। মহুদা মিহুম্না অহুম থোক্পা চোংই অমস্তুং মিহুল অতংপা লৈতনা মথকী মথক্তা অহুমলক হুল্লি। অদুগা অমুক্রক পোথাই [লেপই]।

## লেপ্প নাইবা মিহুল

থমোয়গী মহৌশাগী ওইবা পিকশিন কোনশিন্বা অসি মরক মরক্তা লেপ্লদা মিহুলশু শোথাবা নাইনা চংলি [হুল্লি]। অমদি মিহুল কপ্পারক হন্না হুল্লগী মতুংদা অমুক হুল্লে।

## হোংব নাইবা মিহুল

থমোয় শোয়দগী হোংদোক্লগদুনা নাইবা মিহুল ওইরকই। অমদি মিহুলনা হুনসি পথাপ [নিয়ম] নাইবা মতমদা থেব্রবদা, মতুংদা হুরবদগী মিহুলশু পাঙ্গল হুম্বরবদি হায়রিবা অস্রুম্না তোই। মহৌশানা অহল-লমনশিংদদি হায়রিবসি তোই।

## ওন্থ-তৈনবা হৌনবা মিহুল

থমোয়গী কুংথাদা শাগংপগী লায়নাদা, থমোয়-কুয়োম অনিমক অমগা অমগা তিরৈ। মতুংদা মিহুল ওন্থ তৈনবা হৌনবী ওই অমদি নিংশা হোন্দোকপদা নত্তনা নিংশা হোজিন্বা মতমদা মিহুল্লা হন্নহু য়ান্না শোল্লি নত্রগা পুম্নাং মাংই।

## অকন্না থেংথাং নাইবা মিহুল

মসিদা মিহুল য়াম্না য়াংনা কয় হুল্লি। মসিগী মরমদি থমোয়গী কয়াম্বক ওইবা লায়নাগী মশক ওইবা ফিভমশিংনি; হায়বদি থমোয়দা করিগুম্বা লায়না অমা চেল্লবদা মসি তোই।

## মিহুলগী অতেল অশাং

মরু ওইনা থগোয়না থোরজিন-কোনশিল্লকপগী মতমদা ওই-থংবগী য়ৈব-কাওবা তৌরিবা হায়বদি হুপ্লিবা মকম অহুদগী অচৌবা ঈ পুবা শিংলৌদা চংথ্রিবা ঈগী চাংগী মথক্তা মিহুলগী অপৌবা [চাওনা হুম্বা] অকুপ্পা (পিক্না হুম্বা) অসিনচিংবা বা পুম্নমক লৈত্রে (= নির্ভর তৌই, তাংই) হায়বদি মংডোম্বা হায়রিবা পুম্নমকসি লৈত্রে।

## মিহুলগী মপাঙ্গল

মিহুলগী পাঙ্গল নত্রগা ঈগী চৈকু-খুৎনম অসি থযোংগী খুজিপ্ত চিংশিন্নগী মপাঙ্গলনা য়য়াম্বা লৈরে। মসি নত্রগা থযোয়গী ওই থংবা লৌশিন চিংশিন্নগী থবক তৌরিবা মহুম [কায়াৎ] অহুদগী ঈ পুবা শিংলৌ অচৌবদা চথ্রিবা ঈগী চাং অমদি মিহুল শিং-লৌগী কুয়োমনা ফিভম, মওংনম্ব মিহুলগী মপাঙ্গল কম্বা অসি অয়াম্বা লৈ।

## মিহুলগী অচেৎপা মংতো নত্রগা কম্বা

অয়াম্বা মিহুলদি হবচাংগী শকওং-শক্তম-কায়াৎ-মওংগী মতিক [Elasticity] তা মিহুলগী মরা-মথোং চেৎপা হায়বদি মিহুলগী অকম্বা অমসুং অথোৎপা অসি লৈত্রে। মিহুলগী মথক্তা খুদোম্বী থম্নপা মিহুলগী অনিরক হুম্বগী চৈরক্কী লেপ্পদুগী মতম; মিহুলগী নাকল অমদগী অতোপ্পা নাকল অমা কাওবা কারক্তা চৈথেং চৈদু পিরবদি মিহুলগী মথোং চেৎপা কম্বা লেপ্পা ঙম্মী।

## মিহুল চাংয়েংগী মকম

মিহুল য়েংনবশীদমক হকচাং অসিদা মখাদা ইরিবা মকম নিপাল অসি লৌখৎলি :—

[১] থরাই মিহুলকম থুং [= থুজেং] থুংগী মরুগী নত্রগা মপাল্লোম থংবা থুংনিঙ্গী মখাগী শরুকী ঈ পুবা শিংলীগী খোং-খাংদগী লায়নাশিংগী শক্লোন থংনৈ। মসি মিহুল য়েংনবগী শিংলী পুম্নমক্তগী অখোইবা মিহুলকম শিংলীনি। মকম অসিদা থুংচা অহুম অসিনা য়ায়া থুংদোং চানা মিহুলবু মপা চানা চানা থেংনৈ।

শার্ঙ্গধর আচার্য্যনা মসিবু "জীবসাক্ষিণী" হায়না খোলম্মী। বেদ অমসুং গায়ত্রীবু মশক থংলবা, ভেংবানবু য়াইকনবা থল্লবা নিপা অসিনা পুংখোক্লবা শার্ঙ্গধর সংহিতাগী য়াকম থরা অসিনা মথক্তা পনখ্রিবা য়াকমগী মতিক চাবা প্রমান উৎলি।

মহুদি :— থরাইগী শক্লোনবু শং-শংনা তাক্লিবা [= প্রান বায়ুগী সাক্ষী ভূত ওইরিবা] অসণ্ডবা ঈ পুবা শিংলীসি থুংকী থুংগী মরুদা লৈ, মসি থংনা হকচাংগী অরা শুংতাইববু পণ্ডিত ওইবনা থৃগনি।

[২] খোংগী খোংমিৎ হাইথবদা লৈবা শিংলীনা অনিশুবা মকমনি, [খোংগী খোংমিৎকী মখা খোংপাক্লোমদা হায়থরকপা খোংচেপকী অচুরাইদা]। মকম অসিদা পে ষ্টিবিয়র টিবীয়ল লৈ। মসিদা মরু ওইনা থুংচা মতোন অনিনা শোক্কদবা মকম লৈ।

(৩) খৌরী মরুগী মিহুল :— মিহুল চাংয়েংগী অহুমশুবা মরুনা খৌরীগী মরুদনি। মরুম অসিদা থমোয়গা শম্নবা নাকোং মরুগী শদোংগী মথাগী ঈ পুবা শিংলৌ (=কমন কেরোটিড) লৈ। মরুম অসি খুৎচা অনিনা শোকপদা মতিকচাবা মরুনী।

(৪) নাতোল মরুগী মিহুল :— মিহুল য়েংনবগী মসি মরি-শুবা মরুনী। মরুম অসি মপাঙ্গ থংবদা চৎলিবা ঈ পুবা শিংলৌগী মরু ওইবা মশা মরেং (নাতোলগী মরু পুকোক) দা য়েংনৈ। মসিদসু নাক য়েং খুংচা অনিগীনি।

(৫) মিংকৌ মিহুল :— মিহুল য়েংনবগী মশাশুবা মরুমদি মিংকৌ মথা থ'বা শরুক্কী মপাম্বংবা চিথেক খক্কাই শরুগী মথক্তনি। মরুম অসিদা ঈরোংদগী কংলকপগুম্না চুম্না অমদি কৈনা লাক্লিবা শিংলৌ (= উত্তান শম্বিকা) গী শিংলৌ চবুন্দগী খাইরকপা ঈ পুবা শিংলৌ মশা থেংনৈ। মরুম অসিদদি খুদোং চাদনা খুৎচা খুৎতোন অমত্তা শোকপা য়াবা মরুমতনি।

[৬] নাকোং মরুগী মিহুল :— তরুকশুবা মিহুল য়েংকমদি নাকোং মরুদনি। মরুম অসি নাকোংগী মথা থংবা শরুক নারুমগী অকুৎপদা লৈ। মরুম অসিদা মপাম্বংবদা তিংলিবা ঈ পুবা শিংলৌগী নোংচুপ থংবা নাথোংদা লাক্লিবা শিংলৌ মশাবু থেংনগনি। মরুম অসিদা খুৎচা অমনা শোক্তুনা যেংবা য়াবা মরুমনি।

[৭] লৈগী মিহুল :— মিহুল য়েংকমগী তরেৎসুবা মরুমদি লৈনি।

(৮) অথুপ্পা মফমগী শিংলী ।— মিহুল য়েংনবদা নিপালনুবা মফমদি অথুপ্পা হকচাং ( নিপাগীনা ঈশিংথোং, অদুগা মুপীদা অথুপ্পা হকচাং, কিন্নুং থোংগী কংবা; হাযবদি নাকন্দনি । মফম অসিদা লিঙ্গদা তিংলকপা ঈ পুবা শিংলী থম্লকপা মমৈ অদু থেংনবা ফঙ্গনি । মফম অসিদা খুৎতোন অনিনা শোকপা য়াবা মফম নৈ।

মিহুল য়েংবগী পথাপ

মিহুল য়েংহল্লিবা অনাব মী অমস্তুং মিহুল য়েংলিবা মাইব (=বৈদ্য, ডাক্তর) না চাংয়েংগী মতম অদুদা মপুং কানা পুক্লিং থোয়জং লৈতানা, তিলাং কোশিং থ নাংনা লৈগনি। মহাক্কী করিগুম্বা হকচাংগী শরুক অমত্তংদু মপ'নগী থৌরম অমত্তনা অয়েং অপন থোকহনফদে। "বৈদ্য" (মমাইব) না য়াফম অসি থোপ্নজগনি মহুদি — অনাবগী মক ওইবা খুৎশানচিংবা অমত্তা পত্রাক পত্রাক তাত্রে নত্রগা অমন শরাক্লচিংবা লৈত্র চায়বন–চিংবা। অদুগা মহাক তথক তথক্তে অসিনচিংবা য়াফমশিংদগীন্ন মিৎকুপ নাহুম শিংনা থংক হৌগনি।

মুপগী মহাক্কী লায়না মশক থংনবগী য়োংনবা অদুত্তা ভত্তনা মহাক্কী পুক্লিংদা ঈচৌতনগদবনি চাংয়েং তৌরিবা মফম অদুগী ভুংশিৎ মুংশা অইং অশাত্নু চপ চাব পুক্লিংনা থাইদা লৈতাজবা অমদি ফজবা মফম ওইগদবনি।

ফমুবা মফম

মিহুল য়েংনবগীদমক্তা অমাইবনা ফমুবা মফম অদু অপাকপা

কম্পাক অমদা মোনপাক অমসুং মোন থমগদবনি। মহুনা কমছুনা য়েংবদা খুদোং চাবা হেল্লি। মরম অসিনা কক্ষম অসিদা ফবা। বৈত্ত নত্রগা মাইবগী করিশুম্বা হকচাংকয়াং অমত্তুদা অনন অয়াক অপঙ্গনচিংবা থোইদোকপা খুদোং চাদবা অমত্তা লৈত্রে হায়বা অহুলা তৌগনি অমসুং মিহুল য়েংহল্লিব। অহুগীসু খুদোং চাদবা অমত্তা লৈত্রে, ফিতম চারে হায়বা অহুতদা থবক চথগনি। চৌকিদা কয়গা মিহুল য়েংবদি করিশুম্বদসু খুদোং চাদে।

## খুৎকী ফিতম ( ফিরেপ )

লৈছুনা মিহুল য়েংনবগী চঙক পুক্লিং হরাও মুংশাইনা কমছুনা অনাবগী খুৎকী খুমিৎপু মহাক্কী খুৎ ওইদা থমছুনা খুৎ য়েংকী খুৎতোন অতম [ খুদোম্বী, খুংয়াই অমসুং খুৎনিংথৌ ] না খুৎ [মহাক্কী খুমিৎ অদু অমাইবগী খুৎ ওইদা লৈরিবা] অহুগী খুক্কেংগী [খুৎপী মরুবোমদা) খুৎপী মরুদগী খুদোল অমা কুমথরগা মিহুল থেংনগনি (য়েংগনি)। য়াকম অসিবু শ্রীরাধনা অমুম্বা ইথি :—

## অহাৎপী মিহুল চায়েং তৌবা

করিশু খংত্রিবা তথকপা অঙাংনা মখুৎতু নিংথিনা লেংহন্দনা থম্বা হৈত্তে। মথোয় অহুশুবগী মিহুলদি তুম্লিতৈদা য়েংবনা খুদোং চাই। তৌই শুবসুং মিহুলদা ফংলিদ্রা তুম্বগী ফিতমশিং [লক্কন] অহুদগী লায়নাগী লক্কনবু মগা থায়দোকতুনা য়াবেপ (নির্ণয়) তাবা তাই। লৌশিং তারবা অঙাংনা মরাগী খোম থকপা শুক্কদা অয়াম্বনা মখুৎ অদু নিংথিনা লেংদনা লৈ। মতম অহুলা

মহাক্তী মিহুল য়েংবা ওমহৌরবদি য়াম্না থূদোং চাই। অভাং থরনা মতম অসিদন্থ মমাগী থবাক্তা মথুং থম্মী। মমানা অভাংগী থুং অহুবু মতুদগী লোথোক্লগা মিহুল য়েংগনি। করি করিগুম্বা মতমদা অভাংনা বৈদ্য নত্রগা ডাক্তরবু উবদা মথুং অহু হাই (লোংই)। মতাং অসিদা মমানা নত্রগা কব শেমবা শহুনা অভাংহুগী মমাই অহু মাইবা নত্রগা ডাক্তরদগী অতোপ্পা নাকন্দা ওস্থোকশিনদবনি, মহুনা মানা মায়েংলিবা অহুবু উবা ফংদনবা।

## মিহুলবু থুংনা শোক্তুনা য়েংবগী পথাপ

মিহুলবু থুংনা শোক্তুনা মহাক্তী চোংলিবা [থমোয়গী চিংশিন খোয়জিন্না অমসুং শন্মোয়পগী থবক] অহুগী মথল মথা অয়াম্বা ফিডমশিং নত্রগা থাংচংশিংগী লৌশিং ব থদ ভাবনা মিহুল য়েংবগী পাম্নব হিরমী। হৌজিক্কী মতমদা মিমলগী হুম্বা [শাফু থুংবপ] পু মরেক শেংনা থংনবগীদমকথু মথল কয়াযুক্তী থুংলাই শাহুনা পুথোক্লবে, '

চাংহেং ত্তে রবা শিংলবু বৈত্তনা মহাক্তী য়েংথংবা থুংকী থুদোম্বী, থুংয়াই অমসুং থুংনিংথৌ হায়রিবা থুংচাশিং অসিনা শোকনি। থুংচাশিংদা মিহুলগী শাফু অহু ফাওগনি। অহুমক্তা শাওরবা অত্রগী রাখল অমদি মগুশিংবু অপায়না থংবা নত্তনা অ ভাপ্পা রাখল অমত্তা শৌ... ... করি ... মিহুল য়েংফম [অৱেপ্পা মতম] দা শিংশা ... ত্তবা য়াওই। মুখীগী নাও-য়োম্লংগী অকায়বা মওং নত্রগা মংগোক অ...চিংবদগী ওম তৈতনবা

মাইকৈদা থৈবা য়াওই · অপোম অতং তৌবা খুংকী মিহুলগী শাপুদগী লাইওং লেয়া খুদে · চাদে। মিহুলগী শাফুবু খংলগা অহুদগী মাগী খোংবা'-খোংচৎপু পুক্রিং লৈচংতানা নৈনগনি। চপ চানা মিহুল থেংনহুনা অমদি য়েংহুনা খংলবা মতুংদা খুং থাদোক্কনি। নিংথিন' মমুৎ তানা রাখল লৈথারা তান্নবগীদমক অমুকস্ত হন্না শেংকনি। মতৌ অস্নয়া মিহুলবু অহমলক হন্না য়েংগনি অমম্বুং থাদোক্কনি। যোগ রত্নকাররা হৈরি :—

বৈত্থনা হুপী ওইবীগী ওইথংবা খুং নত্রগা খোংদা অমম্বুং নিপাশিংগীনা অহুন্না য়েংথংবা শরুক্তা হায়রবদি য়েংকী খুং নত্রগা য়েংথংবা খো দা য়ান্না চেকশিন্না খোইরোকপা মওংদা মিহুলবু য়েংগনি। খোংদা খোংমিংলোমদা খোংমিংকী মথাদা অমম্বুং খোংবী মরুদগী খুদোল অমা মথারোমদা থাদোক্লগা খুজেংদা মিহুল য়েংগনি। খুংতোং অহুন্না হায়রিবা মতম অহুদ, হন্না হন্না তয়াং তয়াংনা পুথা খুংকী চংনা নমহুনা অমম্বুং খুং ওইনা অনাবগী মিহুল য়েংলিং। খুংকী খুংইপু পাংহুনা লাইরিক লাইও (শাস্ত্র) অমম্বুং মশা মশাগী হেনবী খংবীশংন নত্রগ মাগী মাগী ওজা গুরুগী মত মতুং হন্না অংখোইবা বৈত্থনা চেকশন্না মিহুলগী খেরবা থাবা তান্না শোত্নু বু চাংলেং তৌগনি। মতাং অসিদা শ্রীরাবণনা হৈরি :—

হুপীগী মিহুল য়েংবা তারবদি খুংকীস্ত ওইথংবা খুত্তা য়েংলনি অমম্বুং খোংগীস্ত ওইথংবা খোংদা য়েংলনি অমম্বুং নিপাগী য়েংথংবা খুং অমম্বুং য়েংথংবা খোংদা য়েংগনি। খোংগী মিহুল য়েংনবা

মকমদি থোগী খুজেং (তাং) গী মথাদা থোংবোগীদি মরুদনি। থোইদোগী লৈশিল্লিবা থেকোইদা হায়বদি মকম অহুদগী শিংলী নাওরীশিংগী চবুল (লাং) নত্রগা মপেগী মওং অসি থেঙ্গুগী মশক্নি। থেঙ্গুগী মশক ওইনা শিংলী নাওরীগী লাং (মপৈ) অসে হূপীশিং গীদি মচিন্দু ওন্না-তৈননা মথারোমদা লৈ। মরম অসিনা হূপীশিংগী ওইথংবা মিহুলগী থোংথাং য়েংগনি।

## মিহুলগী ফিভম [মওং]

রাবণগী মততা মিহুলগী মওংদি অসুম্না তৌই: — অহোবদা হুংশিংকী মিহুল, মগাইদা মৈ মিহুল অসুম তোনা মথন অহুমগী মিহুলনি হায়না কৌই। অতুম্বা আচার্যশিং অহুনা মৈবু অহোবদা লৈগদবনি হায়না পোরম্মী। মথোয়গী পথাপ অসি পাইমহক ওং হায়না লৌনদে। মরমদি হুংশিংতি থোংথাং নাইবনি, অতৈ মরালশিংনা থোংতেকপনি। হুংশিংমক্না মথোয়বু থোংথাং নাইহন্ব্নি, মথায়দি মাগা ঈরোইননা চৎপনি। মরম অসিনা চৎপা ঙাইহম্না মাংওইহনগদবনি। ঈশিংদি তম্মী মরম অসিনা মৈনা মাগী মাংদা লৈনা অমসুং ঈশিংনা মমৈদা লৈবনা চুম্মী। অনাবা মীদা "বায়ু" [হুংশিং] না হেল্লবদি মৈত নত্রগা ডাক্তরগী খুদোংথী খুৎচাংনা মতোন্দা মিহুলগী চৈখু কাংই অমসুং "পিত্ত" মৈনা হেল্লগা [কল্লগ] থুংনাইগী মতোন্দা কাওই। মতৌ অসুম্না ঈশিংনা কয়া হেন্নবা অহুমগুবা (থুংনিংথৌ) গী মতোন্দা কাওই। করিগুম্বা হুংশিংকা মৈগনা কয়া হেল্লবদি

খুদোংবী অমসুং খুৎয়াইগী মরক্তা মিহুন কাওই অমসুং লুংশিংকা ঊশিংগা ওইরগনা খুদোংবী অমসুং খুৎনিংবোগী মরাইদা কাওই, অমসুং মৈগা ঊশিংগা অপুম্বা ওইরগনা খুৎয়াই অমসুং খুৎনিংবোগী মরক্তা মিহুন কাওই। অহুম্বকী অপুম্বা মরালনা মওং কাই-রকপা ওইৎবদি ৭৫০ অহুমগী ম,তান [মথা] দা মিহুননা ক ওবা থংই।

## লুংশিং (বায়ু)

অনাবগী হকচাংদা লুংশিংনা খুদুম চল্লবদি মিহুন পাইবদা অমইবগী খুদোংবীদা কা দেম্ব কন্না মিহুন কাওগনি। মসি খংগদবনি মথক:- খুদোংবীদা কন্না চৈথেং পিবদি লুংশিংকী মরাল [বায়ু দোষ] কা থবক্ক থনক অসিদা কম্লাবনা খুদোংবীবু হেন্না শিজিন্নদুনা ভাব তাগ্নবগীদমক হোৎনৈ।

## মৈ [পিত্ত]

অমাইবা [বৈদ্য]গী খুৎ-লাইনা অনাবগী মিহুনদা মৈ [পিত্ত] বা হেন্না কন্না কাওরকই। অনহিক্কি অনাবদা পিত্ত [মৈ. ঈ] না খুদুম চল্লবদা বৈদ্যগী খুৎয়াইদা নাড়ী স্ফুরন হায়বদি মিহুন কাওবা হেনগনি নত্রগা চোংলকনি। মসি খংনিংঙাইনি মচু শংবা, [হকচাংগী করিগুম্বা মফমদা অঙাং অপক তৈবদা নত্রগা শংজিন থেংচিবা. অসিনচিংবসি মৈগী থবক্কি]। অসিনচিংবদা মরু ওইনা শিজিন্নবা অসি মতুগা লাইপক্তা লোইরপ কোইবা চম্মন থিনবনি। মতুংদা অহুদা নহোংনানা খুৎয়াইদা থোইদোক

হেন্দোক্লা শিজিনৈ। মসিদগী ঐখোয়না লায়রদা থংলে মহুদি থুং-
ঙাইদা মৈবু শোক্তুনা য়েংবদা মৈগী মশকপু মুয়া থংমবগী খোই-
দোকপা মপাঙ্গল অমা তোপ্পা নৈ।

## ঈশিং [কফ]

'কফ' ঈশিংগী চাংয়েং তৌবা মতমদা মিহুল অহুনা বৈত্তগী অহুমশুবা থুংচা [থুংনিংথৌ]দা হেন্না ফাওগনি। ঈশিংগী শিংলীয়া থুংচা অহু থম্বগা মিহুলনা ফুবা অহু বৈত্তগী থুংচা অহুব ঙাক্লা ইনথংপা শাফু ওইনা ফুগংলি। থুংগা অসিনা হিন্দুগী "সংস্কার" শিংদা ঈশিং থিককংলি। থুংচা অতৈ নত্তনা মসিদনা খোংথাং শোল্লি। মসে তশেংনমক ঈশিংগী শক্তম্নি। মসিদা ঈশিংগী থাখল (অনুভব) ফংনবগী থোইদোকপা পাঙ্গল নৈ।

## মিহুলগী খোংথাং মথল

'বাত' হুশিক্লা মিহুল অসি তিনকা অমম্তুং লিলগী মতৌঙ্না খোইজিংনবা খোংথাং থাংই [চংলি]। মৈগা লোইননা হুংশিংনা থুহুম চল্লবদা চৈথেং অহু লিলগী খোংচং [খোংথাং] গা লাক্লা অয়াংবা খোংচত্তা খোইদোক্লা বৈত্ত (মাইব) গী থুদোংবাদা কাওই। কন্নি কন্নিশুবদা চৈথেং নত্রগা চিহাই অহু অস্নুপকী মতিক ফাল্লি মহুদি মহু তাপ্ত ফংবদা লূনা খোকই। খোংথাং অসি থোইদোকলং-থুদোম্বী অমম্ভুং থুদোংগী থুদোম্বীমক কমদি থুংয়াইগী মনকতী মকম হাম্লবদি চৈনক্তা কাওই। ঈশিংগা য়েংননা হুংশিংনা থুহুম চথা [হেথা খোইবগা লোইদনা] ওইরবদা শাহু অহু তিমকাগী

থোংথাংগা মান্নবা লেপ লেপ্তুনা থোইদোক্লা খুদোম্বোগী শোকফম অহুম্বা ফাওই। লোয়নবা খুৎনিংথৌগী শোকফমদস্থু ফাওই। থোই থোইননা পোত্থা-পোত্থাহুনা লাকই। থেংথাং অহু থাংবদা অমুক থাংহুনা মতোম্মতা থোইজিন তাশিন্নি অমুকস্থু হন্না থোই থোইনা চৎলি। ঈশিংগা লোইননা মুংশিংনা খুত্থুম চনবা অসি চাতত্নবদা হাংলি, হায়মদে। মরম অসিনা মিহুল মওং অসি য়ান্না তোম্নন। থেংনদে।

মৈদা — মৈনা খুত্থুম চপ্পদা মিহুল অহু শেন্দ্রাং. কাক অমস্থুং হঙোইগুম্না চোং-চোংহুনা চৎলি। মসিদা মিহুলগী শাফু অহু অমাইবগী খুৎয়াইদা থোইদোক হেন্দোক্লা চোংহুনা চোংহুনা শোক্ল-শন্নবদোনা ফাওই। মুংশিংকা লোয়নননা মৈনা চাওবা (হেথা খুত্থুম চপ্পা) ওইরবদা শেন্দ্রাং অমস্থুং কাক্কা মতোওম্না থাংবা থোংথাং, ঈশিংগা লোয়ননা মৈনা হেন্না চাওরবদা হঙোইগী থোংথাংগুম্মী।

ঈশিংগীদা — ঈশিংনা খুত্থুম চপ্পদা মিহুল অসি ওান্থু কাংগা অমস্থুং খুত্থুগী মতোওম ওপ্না অমস্থুং ইচুম চুম্না চৎলি। মসিদা ঈশিং "কফ" না মরম ওইহুনা মুংশিং "বায়ু" — "বত্তি" গী মপাঙ্গল হন্নবদগী অস্তুম্না তোই। মুংশিংকা লোয়নননা ঈশিংনা চাওবদা কাংগোগী থোংচৎ অমস্থুং মৈগা লোয়ননা ঈশিংনা চাওবদা লমখুত্থু নম্রগা খুত্থুগী থোংথাংগুম্মী।

মিহুল চাংয়েং তৌনবা খুৎলাই ( ফিগমোগ্রাফ )

খুৎলাই অসিনা চাংয়েং তৌবদা মিহুলগী থোংথাং অসি ঈথক

ইপোমগী মশক ওইনা চেদা লৈরেক ওইনা তাকই। খুৎলাই অসি চাওদে অমস্তুং মমলস্তু য়ামদে। মসিদা ফিজেৎ অককপা (ফিতা) অমু অশুম্বা হাপ্পী মহুদি অডাং, অহল, নহারোল, কুপী, নিলা খুদিংমকী খুৎতা মসিনা পথাপ (নিয়ম) চুম্না চুম্না পাম্বা য়াই। খুৎলাই [যন্ত্র] অসিনা মিহুলগী মহুগুম্বা খোংথাংবু য়েকশিল্লি। য়েকশিল্লিবা অমুনা লায়নাগী লাইও' লেপ্পদা য়াম্না খুদোং চাবা মতেং ফংই।

## খুৎলাই অসিগী শন্দোকপা রারম

মসিগী মাইকৈ অনিদা ফিতা হাপ্পী, মমাংথংবা শরুকী মথা য়োমদা ময়াইমরুদা নোপ নোপ লাওবা পোং (Spring) হাপ্পী। হায়রিবা কোম্বুবা নাইবা মফম অসিদা মত্তৌ অমুনা মিহুলথক্তা থম্মী মহুদি:— মিহুলনা থপ্লকপদা মসিদা কাওহুনা হায়রকই (নোম্নকই)। হাযবদি থনোক-থনোপ লাওবা "স্প্রীং" অমু অক্লপ্পী চিক লেপ্পী মহুদি 'মহুলগী খোংথাংদুদা নোপ্পী (হাইরকই)। মসিদা য়োংকী তার অমা য়াওই, মসিদগী মমুনা লীররগী মত্তৌগুম্না তাবা অহুদা য়াওরিবা শরুক অমু নিক্লকই। লীররগী মত্তৌগুম্বা যন্ত্র অসিগী মাইকৈদা থিনগৎলিবা য়োংচৈ-হুদা পাল্লী। মসিনা নোম্নকপদা মিহুলগী খোংথাং মতুং ইন্না থক্তা থাদা যন্ত্রম অমু চৎলকই অমস্তুং মহুগী মথাদা থল্লিবা চে অমুগী মথক্তা লৈপ্পী লৈরেক তাহোই।

(২) মসিগী ময়াইদা নত্রগা ময়ার থংবা শরুক্তা কাংথোং

অমা পাম্নি। কাংথোং অসিনা লৈয়কপাক ঈ পুখা অচৌবা চিংজীদা আউজ অংদম্প ১৮ কাওবা মমথৈ। মমথবা অদি উত্তাই কম্বা মত্রগা দরকার মতুং ইন্না লাকয়েংশিখনা নমখহল্লি। অতোম্না মাম্লকৈ অমরোমদনা য়োলর মত্রগা থেলন অমা লৈ। মসিগী মথাদা উক উক লৈবা কাজোই অনিথক লৈ, মসিদা অমুরা কালী [কাজলগুম্বা মুক] লৈবা চে অমা থম্মী অমস্যুং চে অহূদা লৈয়েক লৈয়ৌশিং মিহুলগী থোংথাং মতুং ইন্না ভাই।

(৩) মসিগী অহমগুবা শরুক্তা উপুগী মতোগুম্বা চিথেক নাইবা ময় লৈ। মসি উপুগুম্না খিংহুনা লৈ। মসিদা যন্ত্র অসিগী চংহন্নবা নত্রগা থান্নবা মচৈ [ কাঁটা ] পাম্লী। মসিবু নাক য়েত্তা হায়দোকপা য়াই। তুংলোমদা য়েংশিন্নবা মরৈ লৈ। খুকা যন্ত্র অসি পানশিখা মতমদা কাংথোং অহূ লৈহুনা শো শোনশিল্লী।

শিজিন্নবগী মওং

অনাবা মী অহূ চনিং লৈতানা হিপহনগনি। কোকতা মোম থাহনগনি; মতম অসিদা অনাবগী খুং অহূ করিগুম্বা কাংথক মত্রগা কিল্লী খোমলাক থক্তা মতো অহুম্না থমগদবনি। মহুদি খুজেংগী ঈ পুখা শিংলী অচৌবা লৈবা শরুক অহুগী মথক্তা লৈহনগদবনি। করিগুম্বা অনাববু কমহল্লগা পানশিন্না তারবদি অনাবগী খুং অহূ টেবলগী মথক্তা ভিংনা চুম্না [চনিংতোনা] থম-জাগা যন্ত্র পামশিন্নগদবনি। মতম অসিদগী হাকম অসিনা পুম্নিং চংগনি মহুদি অনাবা অসি চাকচিংবা চাখতা ভাইরিম্না নত্রগা ফরিকরা মোবা শিকপা অরাবা থবক অমা তৌকখতা ভাইরিম্না,

পুক্লিং হাবনচিন্না খুদক খুদক্কী করি থৌজোক লোকখিবগী হাম্বনজিংবস্থু থংজিনগদবনি। মরমদি মতম অমদা খুংলাই অসি শিজিন্নবদা অনাবা মতিক চানা লাইওং লেম্না লাদে। মতুদা মিহুলগী খোংচৎ অসু চাং নাইদবা নত্তগা ঊথক অনি খোক্লা লৈ। খুংলাই অসি পানশিনবা মতমদা চেকশিন্না নিংশিং পাক্কবা হাদি মিস্ত্রীনা চোংবা মতম অত্তমক্তগা প্রিং অসু চপ চানা লৈহনগদবনি। নত্রবদি যন্ত্রগী থবক করিগুম্বা তৌরোই। কিন্তা অসু কন্না লাকশিন্দুনা যন্ত্র অসু মিহুল হুন্নিবগী মপাদা লৈহনগদবনি। স্প্রীং অমুনা চপ চানা মিহুল হুন্নিবা শিংলোগী মপাদা লৈবদা মতোপমতা চৎননবা, মতম অমুদা কাংখোং অসু লৈহনা আউট অস্তুপকী নমথহনগে নিংবা অসু নমথহনগদবনি। অসিগী মুক্তা কালী নত্রগা কাজল হৈত্রবা চে যেলন অমসুং কাংথোং মচা-শিংগী তৈরক্তা থম্নগা যেত্তুম অমুনা চেদা তাহনগদবনি। অসিগী মতুংদা চিথেক নাইবা উপু অমুগী মথক্তা লৈরিবা কাঁটা অসু নাকল অমদা লৈথোকনি। মতুদা যন্ত্রনা থবক হৌরকনি, চে অসু লৌথোক্লে অমসুং মিহুলগী খোংথাং মতুং ইন্না যেত্তুম্বা ঈন্নগা যেলনদা মপান্দা পুথোরকনি। মতম অমুদা চে পুন্নমক অসু মিহুলগী খোংথাংতা যেত্রে, মথংদা উপু য়াওবা যেত্তুমসু শাইরোমদা ইথোক্কনি। অদুম তৌবদগী যন্ত্রগী চখরবা থবক অসু লেপকনি।

খুংলাই অসিগী মতেংদগী কংবা মিহুলগী খোংথাং

যন্ত্র অসিগী মতেংদগী চেদা তাবা মিহুলগী খোংথাং (খোংচৎ)কী মরেক মরিশিং অসিবু ইংলিস লোন্দা বেস লাইন ঈতুংকম লৈরি

কৌই। মন্ত্র অসিনা চংপ' হৌবকদা অমাঁদ য়েন্তুম অহুনা চেপা তারকপা (চংলকপা), মহুদা লেয়েক অমা নত্রগা খর য়েম্না খোইজিংনবা লৈমি থোকই। মহু য়ান্নম্ন শাংদে, য়ান্নন্ন তেন্দে। শান্না হায়রবদা যেং থংবয়ে'মদা মচিন পান্না চিথেক অমা য়েক্ল-হুনা, মথায়েমদা কুমথরকই; মহুবু "পরকশন" নত্রগা প্রাইমারী য়েব' কৌই। হায়রিবা খুদম অসি মতাং অহুদা ওই, হায়বদি ওইথংবা নাকনগী ঈ হাপচিন্নরুবা কা অহুদা অনৌবা ঈ হেক চংলকপা মতম অহুদা। করিগুম্বদা লৈরিদি চিংনা তারে অহুবু চিথেক নাইবা, মচিন তুম্বদি হাংনা উরবদি যন্ত্রগী স্প্রোংগা মিহুলগী মপা চানজ্রে হান্নবা থংনগনি।

করিগুম্বা পান্না চুরবদি ঈ পুবা অচৌবা শিংলোগী মতুংদা করিগুম্বা মরম অমনা ৎইমবদস্ অপম্বা অমা লৈরে হায়না থংনগনি। থুংলাই (যন্ত্র) অসিগী য়েন্তম নত্রগা শুইনা মথাদা হান্নথহুনা অতোপ্পা ঈথক নাইবা লৈমি অমত্ন থোকহল্লি। মসিবু লেকেগুরী (অচম্বা) নত্রগা টাংডেল [ঈথক নাইবা] নত্রগা প্রি-ডাইক্রোটিক য়েব হায়না কৌই। ঈ পুবা অচৌবা শিংলী অহুদা য়াম্না কমা ঈ লাকপা মতম অহুদা অমত্নং মহুনা থংথেং-থেংবা অহুদা মসি থোকই।

ক খ গ ঘ ঙ



[ক] পরকসন নত্রগা প্রাইমারী রেব।

[খ] সেকেণ্ডরী নত্রগা প্রাইমারী রেব।

[গ] ডাইক্রোটিক রেব।

[ঘ ঙ] আয়টিক নত্রগা প্রি ডাইক্রোটিক রেব।



মথল মথা অয়াম্বা লাইনশিংদা মিহুলগী থোংখাং

[ লাইহো তোবা অমসুং ঈতিম্নবগী মতুংদা ]

লাইহো তোবা অমসুং দুর্ভিক্ষদবগী মতুংদা মিহুল অলি থিরবা অমসুং থোংখাং ভপা চংলি। লাইহো তোবিদোনা চুপী

নিংবা তিম্নিংবা থোক্লকলবদা মিহুল অসি মখাই ৰাওবা অমম্ভুং তথক্লা চংলি।

লাইহো তৌরিবৈদা অশিন্না চাশিল্লবদি মিহুলদা শাগংপা অমা লাকই; পুকয়ু নত্রগা কাঁজি থক্লগা মিহুলগী খোংথাং তপথে। লাইহো তৌরিবৈদা অনাবা অহুনা শংঙাম অফবা চাশিল্লুরবদি মিহুলদা কা হেন্ন' শারকই অমম্ভুং খোংচং কদ্বা হেনগংলি। অপাম মুংশিগী বাথল, অশাওবা, অকিবা, বাথল লিশাং থাবা, মিপাইবা অমম্ভুং হকচাংনা থবক-ইনথাং খোম লাকউবদগী করীগুম্বা মথল অমগী লাইহো তৌরক্লবদি মিহুলগী খোংথাং অসি ম.হৌশাওম্না লৈরে। তপ্পা তপ্পা খোম্বরহুনা মহাং কংনা চংলি। অসম্বা লাই-হৌদা মিহুল অসি থরা শানা অমম্ভুং খোংথাং য়াংনা থাংই।

মুংশিংনা খুত্থম চনবদা মিহুল অসী কয়ভিম্বদা খোই খোইনা অহুগা কয়িগুবদা য়াংনা থাংই। মুংশিংতা মপুং ওইনা পুরহুনা হৌব্রা লাইহো (= বাত জ্বার] দদী মিহুল অসী কুপ্পা পীক্লা, তপ্পা অমম্ভুং অমোদ্বা খোংথাংদা থাংই। মুংশিংনা য়াম্না কন্না খুত্থম চন্না হৌবা মথলগী লাইহো [= তীব্র বাত জ্বার ] দদি মিহুল অসি পৌনা চাওন', কম্না হাবদি চগননন' অমম্ভুং খোংথাং কন্না থাংই। মৈ [ঈ] গী লাইহোদা [ পিত্ত জ্বার ] দদি মিহুল অসি য়াংনা নত্রগা থুনা মমাই থক্লা অমম্ভুং ঈহুল কন্না চংলি। ঈশিংনা খুত্থম চন্থুনা হৌবা লাইহো, লোক লাইহো (কফ জ্বার) ওন্না মিহুলগী খোংথাংসি লং মচা ( মুত ) কী মতৌওম্না কুম্বা,

খোংথাং তপ্পা মোয়া। ইংনা অমসুং তম্না, চোকথনা চংগ্নি। মুংশিংকা মৈগা তিন্নমুনা হোৰা লাইহো নত্রগা ঈ লাইহো (বাত পিত্ত জ্বার) দা মিহুলসি তথক্না; নিং ম্যাং হাউনা' পৌনা, চাওনা অমসুং চগৎনা চংশি (তোই)। মুংশিংকা ঈশিংগা য়েৎননা হোৰা লাইহো (বাত কফ জ্বার) দা মুংশিংকী চাংবা হেল্লবদি হাম্নবদি ঈশিংনা য়াংনা থোক্নবদি মিহুল অদো থনা শানা, হেন্দোক 'থাইদোক্না কম্না অমসুং কম্' কনলেংনবা ওইনা হুইহে। মুংশিংকা, লোক (ঈশিং) গা তিন্নমুনা হোৰা লাইহো (বাত শ্লেষমা জ্বার) দা মুংশিংকী শরুক অমুদা চগৎবা মতৌ চেল্লবা অমসুং মিহুলগী খোংথাংমু ঈ লাইহো (পিত্ত জ্বার) দৌনা তৌরবদি অনাবা অমুদা চোকথবা অমদি থরেন্নবা অমা কাওরক্‌ই। মৈ ঈশিং অনিগী অপূনবা লাইহো (পিত্ত কফ জ্বার) দা মিহুল অহু কুপ্পা, ঈংনা অমসুং মথক্তাই থাম্মনা হাম্নবদি অমা য়াওদ্রবওয়া হুন্নি।

### অহুমগী অপূন্বা লাইহো (ত্রিদোষ জ্বার)

মৈ, ঈশিং, মুংশিং, অহুম্মকী অপুনবা লাইহো থোক্লিবগী মমাংদা মিহুলগী খোংথাং মথল মথা অয়াম্বা মওংদা চংশি। মতুদা মুংশিং, মৈ অমসুং ঈশিং মথোক্লিবা অমিগী মতমগী অমগী মওং মতৌ (লক্ষন) তশেংনা অমদি মপুং ফাবা অমসু ওইনা উবা ফংদে। অতুমদি ওইরবদা অরোংবা মতোম অহু কোংদোক তাকথোক্লবগী কিতদা চৈ অমুক্ত কায়ি কবিরাজ

মওং (লক্ষন) দি অমাম্বগী শুকউং উংতে। মরাল অছুমগী অপুন্বা লাইহৌ (ত্রি দোষ ত্বার) হৌবদা মিচুপ অসি চাওরাক্লা মরাল (দোষ) অছুম্বকী মওং নত্রগা লক্ষন অহু উবা ফংই।

খংহৌদনা মুংশোক্লনা অমদি হ্রাষ্ফক ভানা হৌবা লাইহৌ

ত্বুরেলগী ঈশিংনা ঈচেল কক্লা অমম্নং য়াংনা অচৌবা ঈপাক তক্লা চেম্বুবা অদুমক্লুক্লা খংহৌদনা (তিলওক লাইওক্লা মমিং মমাই ওাংনা, চেংইরোল পাংরোল লোক্লা নত্রগা মমিং-ক্লনা চপ মুংখংনা ত্বুমিং হৈনা নত্রগা অকি অখংওক্লা ওাওনা হৈনা হৌবা লাইহৌ। মথল (i) *(ভুতাভিষঙ্গজ্বর) দা মিচুলগী শক্তমসি অশাবা ঈশিংদা লুপশিল্লুবতা ওাইরিবা খোরাগী মতৌওক্লা অমদি য়াক্লা থুনা চেম্বুবা ঈচেলগী মতৌওক্লা তৌই।

মত্তম নাইনা ঙমিং খুদিংগী হৌবা লাইহৌ

ঙুশিং খুদিংগী হায়বদি পুং ২৪ গী মমুংদা অমুক অমুক্তং লাক্লম্লগা হেক্তা লেপ্পা নাইবা লাইহৌ 'একামরল কেভর'

---

* (i) ভুতাভিষঙ্গজ্বার (= মৈ, ঈশিং, মুংশিংকী অপুন্বা মরাল (দোষ) দগী ইনং খংহৌদনা হৌরকপা লাইহৌ। লাইহৌ মথল অসিগী লাইওংদা মৈতৈগী লাইওক তিনওকপগী লাইওংগা খোইনা খেন্নদে অমম্নং লাইওং অসিমকপু মৈতৈ মাইবনচি লাইওকপনি হায়না তশেংনা লৌবৈ। মদুম্নু মৈতৈগী ওইনা খোইনা অকায়বা লৈতে।

* (ii) "কেত্রিক্যুলা" গী মখলদা মিচুল অসি করি করিগুম্বদা মকমদগী মাংনা অমদি থোংথাং কয়া চংলি ।

হুমিং নিনি খয়না, হুমনি খয়না, মরিনি খয়না হৌবা লাইহৌগী মখলশিং †

মখক্তা হায়রিবা লাইহৌশিং অসিদা খুদোপী নত্তনা অতৈ

---

* (ii) নোংমগী অমুক্ত মতম নাইনা লাকপা লাইহৌ অসিবু আয়ুর্ব্বেদনা 'ঐকাহিক জ্বর' হায়না কৌই। ইংরাজীদা (Ephemeral Fever) হায়না খংনৈ। পোত্থাবা নাইনা লাকপা লাইহৌ (সবিরাম জ্বর); অদুগা হুমিং নিনি থেয়না লাকপা লাইহৌবুনা আয়ুর্ব্বেদনা দ্ব্যাহিক, হুমি খয়না লাকপবুনা ত্র্যাহিক অদুগা মরীনি খয়না লাকপবুনা চতুর্থক হায়না কৌই।

† পোত্থাবা নাইনা হৌবা লাইহৌগী মখল :— হুমিং খুদিংগী নোংমগী মতুংদা অমুক্তমক লাকপা, নোংমগী মতুংদা (নোংমা খয়না) লাকপা অদুগা অতৈ অথম নাইদনা হৌবা লাইহৌ অমদি মৈবা হৌনা শানা হৌবা অসিনচিংবা মিংথোলশিং অয়ুবা খংনৈ।

অসিগুম্বা পোত্থাবা নাইনা অমদি মতম নাইনা হৌবা, লাকপা লাইহৌশিংশি আয়ুর্ব্বেদগী 'বিষম জ্বর' হায়বা অসিদা তোঙান-তোঙান খাইদোক্নুনা তোপা-তোপা থোমখিবা মমিং তাকনি।

খুৎচাদা মিহুলদু কল্লা উংবা কাংখোং "চক্র" গী মতৌগুম্না চৎলি। মিহুনফম অদু শাই অমসুং মিহুলগী খোংখাংদু নিং-মাং নাক-য়েৎ হায়না হৌল্লি।

## পুকচৎ খোংহাম্বদা

পুকচৎপা লায়নাদা মিহুলগী খোংখাংসি কালেম্বাগী অশাবা মতমদা তিনফনা চৎপগী মতৌগুম্না তপ্প। অমসুং মঙাল মতম শাল্লা হৌল্লি।

## লাইখোকপা

লায়ন অসিদা মিহুলগী খোংখাং অসি হৌডোইগীগুম্না তথকই। করি করিগুম্বদা মিহুলগী খোংচৎ তপ্পী অমসুং করি করিগুম্বদনা ঈংনা য়েংনা কল্লি। লায়না অসিদা মিহুল অসি অয়াম্বদা মকমদগী লেংবা (হল্দোক্লা) তপথবা লৈতবগী মাত্তৌ লৌই।

## ভোলহাও অমসুং থিবুম কাইবা

ভোলহাও অমসুং থিবুম কাইবা, য়েক্লা য়েক্লা মাংবা চবুম-লাই মাবা অসিনচিংগী লায়নাদা মিহুল অসি পৌনা অমদি মল্লা পাম্বগুম্ন' তৌই অমসুং খোংহাংগী য়েখং য়েপৎনা নাবদদি মিহুল অসি ঈশিং চোংলবগুম্না তৌই।

## চাবা তুমদবা

চাবা তুমদবা লায়নাগী মপুং ফাবা মতাংদা হায়বদি মতম শাংনা চাবা তুমদবগী লায়দা চেল্লকবদা মিহুল অসি মখাং কংনা

অমস্নুং খোংথাং মেংনা থাংই। চাবা তুমদনা (মৈ শোল্লা) ঈতোল কায়বা লায়নাদা মিহুল অসি ঊনা থম্না, খরা শানা, নুমথনা অমস্নুং নোয়না চংগগুম তৌই।

মৈ শোল্লা মাংবা ইপাই খোংহাম্বা

মৈ শোম্বা অমস্নুং শিংলী তাওবা, ইপাই খোংহাম্বগী লায়নাদা থুংকী মিহুল অসি হেৎোক্পই খোংথাংগা মান্নবা চংলি অমস্নুং খোংগী মিহুলদি তাপ্প কাংলাগ খোংথাংগী মতৌগুম্না মেংনা থাংই।

মুংশং

মুংশং যুংবা মীগী মিহুলদি তপ্পী অমদি মেংনা থাংবা খোংথাংনি অমস্নুং করি করিগুম্বদা কোঙনা চংলি।

তিলনা নাবা

তিলগী লায়নাদা মিহুল অসি মথল মখেল নাইবা খোংথাংশিং থাংবা ওই। করিগুম্বদনা তপ্লি, করিগুম্বদনা য়্যাংনা চংলি, করিগুম্বদনা চোং কম্না অমস্নুং করিগুম্বদদি চোংবা থংদে।

কুমলায়না

হকচাং, শম, খুজিলনাংগা নাপু মচু শাবা লায়না নত্রগা কুমলায়নাদা মিহুলসি মপাঙ্গল শাপ্লি অমস্নুং তপ্পী।

ওবা নত্রগা হন্দোকপা

ওবা নত্রগা হন্দোকপা লায়নাদা মিহুলসি চগৈ অমস্নুং লাইহৌ চেম্বগীগুম তৌই।

## রাঙ্গবদা

রাঙ্গবগী লায়নাদা মিহুল মক্ত লামথোক্তনা য়াম্না কুপ্পা থাংবা থোংথাং ওই।

## তাওবা কৈবা লায়না

তাও-কৈবা লায়নাদা মিহুল শাই, চিংলেম্পী. অথুবা থোংথাং থাংই, থোয়না অমসুং কা হেন্ন' মমাই থকচানৈ। ঈ তাওবা লায়না ঈগী মশিংগাগী অশিংগী ফংলক্তবা লায়না। *

## শারৈ

মসিদা মিহুল ময়েং তানা, মন্নাং কংনা অমসুং থোংথাং কপ্পা থুনা য়াংনা চংগা ওই।

---

* লায়না অসিগী মথল মথৎ য়াম্না থায়দোকই। মথলশিং অহুবু আয়ুর্বেদনা অমুম্না থাথরি :- বাত্তিক, পৈত্তিক, শ্লৈষ্মিক উধ্বগ অমসুং অধোগ। মতো অমুম্না রক্ত পিত্ত, নীল রক্ততা নত্রগা শ্যাব রক্ততা (ঈগ। মশিংথাগা কত্তবদগী ওইরকপা লায়না) গী মথলবু নোংচুপ :লামগী চিকিৎসকশিংনমু অমুম্না মথংশিংমা থাগরি। (১) অচম', (২) ঈ শিঙ্গবা নাইবা, (৩) থিবুম ফাইবা (শৌনলীনী) অমসুং (৪) হানক্ত।

(২) ক্ষবী.- মসিগী মথল ১। বাল, ২। কত্তীয় অমসুং (৩) মোলর বার্জো অসিরচিংব.।

## ম্যাংলম চিংবা লায়না

লিকচাংতুম্বা থেক খোংখা নত্রগা ম্যাংলম চিংবা লায়নাদা মিহুল খোংখাং কয়গা লোয়ননা মথন্তা কাখৎনা অমুক্তম্ মখাদা কুপথনা চংলি।

## নাকন নাম্বা পংথ-শিথবা লায়না

চুংশিৎনা হকচাংগী নাকন অমা কায়দবা অমচুং পাংবা, হকচাংগী ওয়্যাই অমা পুমশি শিবা ( Hemiplegia ) লায়না অসিদা মিহুল অসি তক্ক তক্কই অমদি চুংশিৎনা হেনবগী মতৌ অদু লৈ।

## চুংশিৎনা খোং নাকন নাম্বা চিংবা লায়না

আয়ুর্বেদকী লোনদা "গৃধসী" হায়রগা থংনৈ। লায়না অসিদা মিহুল চাওনা, খোয়না অমসুং খোংথাং তপ্পা থাংই।

## কৈগল, কৈক, খুকউ পংবা-নাবা লায়না

লায়না অসিদা মিহুল অসি মহুনা, শোয়না মৈপায়না মরেক খোকপতুম্বা, অখোয়বা খোংথাংনা অমসুং মক ফাওবা ঙৈনা চৎলি, হল্লি।

## হকচাং শিনবা থুংনা চিক খোংপা

লায়না অসিদা মিহুল অসি খোইদোক্না নিকপা, মকা লাক্না চিং লেবা, লংনা অমসুং মৈপায়না অমদি শোংথেংনবা ওই।

### হাংমাম্নগী লায়না

মসিদা মিহুল খয়াঙ্গন, ময়ুং কংনা শিক্লা থোংথাং কয়া অমস্থং খারোম পাংনা ময়াইদা চংপা ওই।

### কুপাম পুংবা

লায়না অসিদা মিহুল খখো মটাগী মতৌগুম্না থোৎনা, মশাক্তন থম্না পৌনা চাওনা, ঈশং, মপাঙ্গল কয়া অমস্থং থিজংপা খাজংপা নাইবা থেংনাংস মতৌগুম্না তৌই অমস্থং হওচাং থোইদোক হেন্দোক্না পাঙ্গল নাওদন, মস্তনা অমস্থং ঈশিংনা থম্না লৈবা ওই।

### পৈশং লায়না

মসিদা মিহুল কুপনা মংবক মহাউ কনং, লোয়াইন লোয়-তায়না, ঈংনা অমস্থং মমেংবা অথেংপা থোংথাং ওইনা থাংবনা মপুং ওই।

### থিবোং থিয়াল চ ওংথোকপা

থিবোং থিয়াল চাওথোকপা লায়নাদা মিহুলচু নিংথিজনা কোংদোকপা, হঙ্গং হন্দা কোইদং চংপা নাই, পৌই; তোংসাঙ্গং-দগীগুম অমস্থং থিনগংলকপা (গোথলকপা) মতৌনগুম তৌনা কাওই।

খোরীদা পরেং শানা পোয়খৎপা লায়রা

লায়রা অসিদা মিহুল পোনা হুল্লি অমসুং খোংথাং য়াওদবগুম তৌই (কংই)।

অথিল অরেং

সুংশিংবা ফংলকতুনা থিম্বা লেংবা পোকপা লায়নাদা হিলগী খোংথাং মতম লৈবা থিবিক্তা খোইনা লৈ। মৈগী মরাক্তা ঈনা মশিংথাগী অকাংবা মওংদা থিম্বা লেংবা ওইরগনা মিহুল অসি মৈশাগী মতৌগুম্না হায়বদি শানা হুল্লি অমসুং ভোলহাওনা লোক্কী মনাং অহুংথনা ওইরকপা অথিল অরেংগী লায়নাদা মিহুল অসি মতম খুদংদা নোংনা চাওনা হুন্দুনা লৈ।

ঈশিং লিকপা

লায়রা অসিদা মিহুলনা পোনা অমসুং খোংথাং তপ্পা থাংই।

ঈশিং পুকচং

ঈশিং চংপগী কা হেন্না অমদি অযোংপা কন্নবা পোং ঈশিং চংপদা য়াওবগী মথল খুদিংগী লায়নাদা মিহুল অসি কিশী নাইনা তাশিন্না হুল্লি অমসুং ঈশিংগী অসিগুম্বা লায়রা অসিগা লোয়ননা ভোলহাও (নপকুম্বা মনাং) গী শরুক য়াওনা নায়বদি অনাবগী মিহুল অহু মতম লৈবা থিবিক্তা শানা হুল্লি।

## পুজা যতুম লৈবা

লায়রা অসিদা মিহুন নিক। য়ায়া য়াংনা (খুনা) খুহুনী খোংথাংদা চংদি।

## লায়খুং খুবো

লায়রা অসিদা মিহুন য়ায়া চিম্না চোংই। করি করিগুম্বদি মহুনী খোংথাং অহু কাওবা কাও-কাওদে [কংবা কাও কংদে]।

## অপোম অতংগী লায়না মখলশিং

অপোম্বা অমংবা লায়নাগী জাং পূয়মতা মিহুন অসি মহ্নব [অমব] ওম্না য়ায়া ঈংনা, কুপ্না অমম্বুং মৈপায়া হায়ি। পোম্বথংপা, ফুগামগী জাং [মথেল] অসিনচিংবা পোম্বথংপা হেক য়াওনা নাখনচিংবা লায়নাশিংদা মিহুন ওথক ওথকই, মৈপাম্নে [মমৈ পাম্নি] অমম্বুং লোংশিন ফুমজিন্না হায়ি।

## তেকপা কায়বা [অশোক অপন]

তেকপা খোংপনচিংবা তৌহুনা নাখদা মিহুন অহু য়ায়া য়ানা, খুদোং খিনা অমম্বুং কাকী খুচংহুম্না চংদি।

## থোং থোকপা

লায়না অসিদা মিহুন ময়াং কন্না অমম্বুং য়ায়া হুম্না হায়ি।

## টাকী থুংবা নত্রগা "উপদংশ"

লায়না গসিদা মিহুল অসি খোইনা ময়াং কংনা, লংগ্রিক লংনা ,অমসুং চিংলেম্না হুরি।

### লিন্না চিকপা অমসুং হু চারু-থকলুবা

হু চারু-থকলুবদা অমদি লিন্না চিকপদা মীওইবগী মিহুল অসি য়াম্না য়াংনা চংলি (হুর্ন)।

### অতৈ কিডমশংদা মিহুলগী খোংথাং

কোইথোক চংথোকলুবা, হকচাং শাকেন তৌরবা, য়াথল য়াম্না থন্ন অমসুং শেল থুম্নচিবা মাংবগী বাবদগী মিহুলগী খোং-থাং অসি য়থল মথল নাইনা চংলি। অহুগুম্বা ফিডম অহুদা মী অহুদা লাইহৌ চেন্থরবদি মিহুল অহু নিংথিনা তপথে।

মীশক অহুদা মৈ শোংগা নত্রগা মহাকী ফদী মমেং তাম্বা ওইরবদি মহাকী মিহুল অহু খোংথাং তম্না ওই। অরাম খোং য়াংবা মীগী মিহুল তথকই অমসুং চাশিন থকচিন্নবা মীগী মিহুল মশা মবা মীশিংগী তপনা চিং লেম্না চংলি। চাক চারবগী মতুংদা ওথোক হন্দোকখ্রবদা, তুমখ্রবদা মপী নিপা তিন্নবী মতুংদা অমসুং নোংকলুবদা মিহুল অসি শৌনা অমসুং চোক-থনা হুরি। অশাওবা অমসুং ঈতিন্ননিংবগী ঈহুল পোকপা মতমদা মিহুল য়াম্না য়াংনা চংলি।

### মৈ, ঈশিং, নুংশিংকী অপূন্বা ময়'লনা নাবা লায়নাশিংদা করা ওয়রোইদনা ( শিরগদবা ) মিহুলগী মওং

মৈ, ঈশিং নুংশিংকী অপুনবা মযালনা হায়বদি মথংশিংনা 'বাত' 'পিত্ত' 'কফ' নত্রগা 'ত্রিদোষ নত্রগা বাত পিত্ত শ্লেষ্মজ নত্রগা 'সন্নিপাতজ' অহুম্মক পুন্বগী লায়নাদা অনাবত্তগী মিহুল অমু তপ্পা তপ্পা, চোকথ চাকথনা নুংংং মু বংনন, লাংতক্লনা মচুদি পোথা পোথানা চৎপি অমত্তুং করিগুম্বদা মাংহৈ (থেংনগে) অমত্তুং খোংথাং পিক্লা থাংবা ওই। হায়বদি মসি মিহুল হুম্নি হাংবা থংদবমখৈ অমত্তুং মচু চুমিং খুদিংগী মশাগী মফম হায়বদি খুংগী মরক্তা পাম্মতুনা শিংতুনা খুক্লেংদগী মথকলোমদা চৎপি। অমত্তুং অমুকত্তু থংচাবু পোকই (ফাওরকই)। অমহিক্তি মওংকী খোংথাং অসি মশাগী লৈফমদা ওইরবদি অহুম্বা মথন্ন পুম্নমক্কী খোংচৎশিং অসি ওইবনা মহাক্কী লায়না অমু করোইদবনি (শিগদবনি) অহুম্মা থংবৈ। করিগুম্বা মথক্ত পনখিবা লায়না (সন্নিপাত) গী মিহুল অসি অহংবদা মৈ ( পিত্ত ) গী খোংথাং হায়বদি তথক্লা চৎপা খোংথা'দা চৎলব, অমুকত্তু নুংশিংকী খোংথাং অমহিক্তি খোই খোইনবা খোংথাংনা চৎলবা অমহিক্তি নুংশিং, মৈ, ঈশিং পুন্নমক মথংশিংনা চত্তুনা নসিগী ওন্ন তৈননা মৈ, নুংশিং, ঈশিং অম্নুম্মা মথংশিংনা করিগুম্বা খোংথাং অমু থাংলবদি অমত্তুং নিয়ম অসিদা অরৈবা কাংথোং নএপা 'চক্র' দা তাম্নবা (কাথৎপ) গী মতৌগুম্না করিগুমদা থংয়াইগী মথাদা

অমস্নুং করিগুম্বদনা মথক্কী থুংচা অমস্নুং করিগুম্বদনা মথাগী থুংবা চাগী মথাদা তত্তনা পাকথোক ফাম্দোক্ল'. শন্দোকা কোংদোকই (ফাওই)। অমস্নুং করিগুম্বদনা থোংথাং থাংনা চংশি অমহিক্তি মৈ (ঈ) গী থোংথাং ওইনা তৌই অমস্নুং করিগুম্বদনা বাহোংগী থোংথাং অমহিক্তি ঈশিংগী অতপ্পা থোংচংকুম্মা অমদি করিগুম্বদনা মথং মনাও নাইনা কুপ্পা হুন্নি। অমাহক্তি মুং'শংকী থোংথাং ওই; মতৌ অম্মুম্মমু মপং-মনাও শদি নাইদনা (থাম্বনা) মিহুলছু চল্লবদি মিহুলচু থোংথাং থংলবা মী অথোইবা ( মূনি ) শিংনা অনাবা অত্ত ফগদবা মথলনি হায়না হায়রমদে হায়বদি — কররোইদবনি ।

করেরোইদবনি হায়না নিংবা ফগদবা অনাবগী মিহুলশিং

মথক্কী মর্সনা তাক্লিবদি অরুম্বা, চেতুপনাচংবনা ফুবা, থাম্বা, অকিবা, অচোবা অমস্নুং লাইথোকপনা থুহ্‌ম চনশিল্লক্লবদা নিপাগী মিহুল অসি পুমনেপ লেপথ্রবদস্নু নিপা অহু হিংই। অসিগুম্বা মতাং অসিদা মহুবু ফগংসকপা করেরোইদবনি হায়না লৌবা য়াদে।

মশাগী মফমদগী লেংলবদা তত্রদ থংহোনবা করিগুম্বা অমাংবা মফম নত্রগা শাঙ্খু শগোল্লচংবা চোংবদগী তারকপদা নত্রগা করিগুম্বা মওং অমদগী থংহোদনা মথক্কী তারকপদা, লল-থুম, ইচা ইগুনচিংবা কাযনবদগী থবায় থাবদা অমদি তকচাং ঈংবদগী হকচাংগী য়াম্না চিংশিন্না পিকশিন্নদা নত্রগা ঈংলুবদগী হকচাংগী তাশিন থোইহিম্বা পিকশিন্ন: থইরবদা মিহুল অসি করিগুম্বা

কয়াং (ইন্দ্রিয়) শিংগী থোরম চৎথরিবা শন্দোক্লা তৌরিবা থবকশিং পুন্নকম্ব নেমত্রব', লেপশ্রবা নত্রগা য়াম্না পিক্না (অকুপ্পা শক্তোনদা) মখোয় পুন্নমক অমুক্তি থবক থোরম চৌরিবা নত্রগা থজিক্তং নুমু শাবগী শক্তম (মওং) দা ওফ তৈতন্বা অমা হকচাংদা লাক্লবদা নত্রগা মতম পুন্নমক্তা হকচাং ঈংথরদা পুক্লিংথৌশিং অমসুং থরাইগী লান্নী মাংশ্রবদা হাবদি মহুগী থবক পুন্নমক লেপশ্রবদা নত্রগা চোংবা লেপখ্রবদ লৌশিং (জ্ঞান, বুদ্ধি) মাংখ্রবদা নত্রগা মেৎ-থংবা মাতোলনা ন্নংশিং লেপখ্রগা শুপ্পগী ওইথ বা নিংশা (স্বর) হোন্নবদা হায়রিবা বিভম মঙংনতে, অমদি খুদমশিং অসি ফোংদোক্লকলবদা মা অচ্ছ শিংগনি হায়বা থংনগনি।

থমোয়দা মৈশা লৈরিবমখৈ হিংবা, লৈতবদা হেক শিবা

অনাবা অংগী হিন্নবা মশাগী লৈফম থাদোক্লবা অমসুং পোখ্বা-পোখ্বাবা হুন্নবা, লোয় না মোয়দা নকয়া মৈশা লৈরবদি মৈশা অন্নুনা থমোয়দা লৈরিবা মখৈ অনাবা অচ্ছ হিন্নগনি। মৈশা অন্নুনা মাংলকপা লোয়ন-লায়দনা মহাক শিগনি।

য়ুথক তম্বাই হম অক্তুদা শিবগী মিহুন

খুৎপী মরুগীন খুদাল অনিং মফম থাদোক্লগা বিহুলনা মগুদা হুন্নবদি হায়বাদ খুৎপী মরুদগীন খুদোল অনিগী ময়াইদা চোংলক্তনা অহুমগুবা খুৎচা হায়রদি খুৎনিংথৌগী মখাদা চোংলবাদ লৌশিং শিংবা মীওই থংও মহু য়ুথক তম্বাহ অমগী মতুংদা শিরগনিঞ।

### য়ুথক অম মথাইগী তুংদা শিগদবা মিহুন

মিহুননা করিগুম্বা খুৎপীগী মকুদংদ খুৎতোন অমা নক্রগা খুদোল্বী খাদনা খুৎয়াই অংসুং খুৎনিংথৌগী ময়াইদা চৈতেক শিংইৎ নক্রগা লৈয়েক লৈরীগুম্বা শাংনা শিন্নরবা হায়রবদি খুৎচা অনিগী মপানলোমদা মিহুনদা ফাওরক্রবা অমসুং ময়াইদা ময়ী অমু মপাম্লোমদা থোক্লকপগুম তোরবদি চিংনবা লৈতনা য়ুথক অমগা মথাইগী মতুংদা অনাবা অমু শিগনি।

### য়ুথক অহুমগী মতুংদা শিগদবগী মিহুন

ময়াইগী লৈয়ীগী অয়োংবা শক্রক ফাওবা হায়রবদি খুদোল্বী অমসুং খুৎয়াইগী খুৎচাশিংগী মকম খাদোক্লগা তুপকী খুৎনিংথৌগী মথাদা মিহুননা চোংবা ফাওরবদি য়ুথক অহুমগী মতুংদা শিগনি থংবীয়ু।

### য়ুথক ৫ ডা শিগদবগী মিহুন

মিহুননা খুৎপী মক্রুদগী খুদোল অহুমগী মফমদা হায়রবদি খুৎয়াই অমদি খুদোল্বীগী মথাদা লৈয়ীগুম্ব. শাংনা চংলগা হুন্না হুন্না মিংকুপ থয়গাদমক লেপ্লবদি য়ুথক ৬ ঙা মতুংদা মচাক অমু শিগনি হায়বা থগনি।

### নোংমগী মতুংদা শিবগী মিহুন

করিগুম্বা মিহুনগী ঈহো ঈহুগ অসি লোইশিন্নকপগী মতৌগুম্বা চোংলবা (হুন্নগা) মিহুন কত্রবা ( বাম্বা বানা কলবা ) অমু ওইরবদি অনাবমু নোংমগী মতুংদা (হুমিং অমুদা) শিবা ওইব।

## নোংমগী মতুংদা শিবগী মিহুল

'কনাদ' না অস্মুন্না হায়ি :— করিগুম্বা মিহুলনা খুংগী মরূদা খুদোম্বীগী খুং থক্কমদুদা পোথা-পোথাদুনা নোংথাংগী থোং চংকুম্না য়াক্না চংলবদি অনাবদুগী পূর্ণ্ণ অদু নোংমতা ভাইরে। থংনবা হুমিত্তা মহাক শিগনি।

## সুমিং হুম্নিদা শিবগী মিহুল

থোংগী মিহুল (থোংগী থোংমিংকী মখাদা লৈবা) না করি-গুম্বদা তথনা হুন্নগা লেপ্লবদি নুমিং হুম্নিদা অনাবা অদু শিগনি। করিগুম্বা মিহুলনা মখাগী লৈকমদগী কৌমাম্বী মক অমগী ভংথাই-মুক কাওবা থাদোক্লবদি অনাবা অদু হিংবা ফংলরোই, সুমিং হুম্নিগী মতুংদা মহাক শিগনি।

মিহুল অদু মৈ-ঈশিং হুংশিং অহুমগী অপুম্বা (ত্রিদোষ) গা শন্নবা ওইরবা, অনাবা অদু লাইরোগী মৈথানা চাম্নবা অদুগা অমুকন্না মিহুলদি উনগী মতৌগুম্না ঈংন্নবদি অনাবা অদু সুমিং হুম্নিদা শি।

## সুমিং ৪ নিদা শিবগী মিহুল

মতম পুম্নমক্কা খুদোম্বীনা থক্কম (মিহুল রেংকম) মকম অদু-মক্তদা মিহুলনা হুন্নবদি অনাবা অদুনা শিগদবা সুমিং মরিনীতা ভাইরে অস্মুন্না থলনি।

থোংগী থোংবী নত্রগা থোংজাগী ৪ থোকপগী নত্রগা থোংবী

শিংনা চংপা মিত্তলগা করিগুম্বা থরা শানা যাংনা চংলবদি মী অহু চিংনবা লৈতনা ৪ নি শুবা হুমিত্তা শিগনি।

### হুমিং মঙানিদা শিগনি হায়বা মিত্তল

খোংগী শিংলী হায়বদি মিত্তলনা তপ্না তপ্না হুন্নবদি অনাবা অহু হুমিং মঙানিদা শি।

### চরোল অমদা শিবগী মিত্তল

মিত্তলনা চিকুপ অমগী মনুংদা য়াম্না য়াংনা চংপা মিংকুপ্তা অমুক ঈংথবা হায়রবদি তপথরবদি অনাবা অহু হুমিং তরেংনিদা শি। তৌইগুমন্নং যুগামগী জাং ওইবা লায়নাদদি বাকম অসি চংনবা য়াদে।

খুদোম্বীনা থমজগা মিত্তল য়েংকম অহুদা মিত্তলবা কন্না চেম্নরবদি, অহুগা কবি করিগুম্বদা ইংনা চেম্নরবদি, চনপ চনপ লাওবা হুমাং থোক্লবদি অনাবা অহু হুমিং তরেংনিগী মনুংদা শি।

### হুমিং তরামঙানিদা শিগদবগী মিত্তল

মী মহাক অহুগী চকচাং অহু ঈংলবা অমম্নং য়ারোমদা নিংসা হোল্লগা অহুগা মিত্তল অহুনা থাম্না হেন্দোক থোইদোক্না অশাবা ওইরকনা অমাংবা থোংথাদা চংলবদি মহাক্কী পুক্তি অহু হুমিং ১৫ নি ফাওবতা লৈ। অমুম্না মিত্তল কাংলোন থংবা (নাড়ী বিজ্ঞান থেক্তা) শিংনা হায়রম্মী।

## ঈশিংনা খুত্থম চনবা মতমদা শিবা

করিগুম্বা খুংয়াইগী অরোইবা শরুক শোক্না মিহুলনা পোখ্না পোখ্নানা লেপ্লবদি থেংনবা (মহু থংবা) হুমিং অমদা ঈশিংনা পুবা মতম হায়রবদি অয়ুক্কা নত্রগা অহিংগী অহাম্বা মতমদা অনাবা অহু শি।

## মৈতৈগী মিহুল কাংলোল

মথক্তা মিহুল কাংলোলগী মরীদা নোংপোক-নোংচুপকী রাকম থরা ওগাইনা নৈনখ্রে। রাকমশিং অহু হৌজিকী মতমদা থোইদোক্না থং-হৈরবা (বিশেষজ্ঞ) শিংন খানবা অমদি হুরাওনা পাম্না 'স্বাগত' তৌনরা থাক্লনি। অহুবু মৈতৈ লৈবাক মনিপুরগী ওইনা মশাগী তোপ তোপ্পা (কন্দর্পসিংহ পুরুবা-নিরুবা নত্তবা অশেংবা পোং লশ হিয়াই) গী মচেং খুরংবু হক থংনরুবদা ঐথোরনা ওকুবা ঙমদে। ক লৈপাক্না পিকপগা লৈজরম্বা মরল-নগা অতৈ লমদমগীগা চাংদম্নবদা নোপ্তে হায়নি ই। মতাং আসিদা অথুপ্পা মৈতৈগী মিহুল কাংলোল থরদং পাঠকশিংগী মকমদা লাখোকচরি। নোংপোক-নোংচুপকী কাংলোনগা অমুক্তং চাং তম্নবিহুনা রেংবায়ু। কয়ামুক ফজবা! কয়াদা কুপ্পা থংলম-থুবা মৈতৈ ইপা ঈপুনে? হাধবা ঈরাব লায়না থংবিবনি।

## "মৈতৈগী মিহুল কাংলোল"

## (শিবগী মিহুল)

থমোয়গী হুৱিবা মিহুল অৱুগী মমিংবু কনাগুম্বনা 'পদ্মামুহী হায়না খোরমনী। অহুদগী ওস্নুম মথংশিংনা পদ্মামুহী হায়রগনু

থংনরি। মরাক ময়ুং লম য়াথ্থে পাকপা পুখ্রি অমা লৈ। ইবুঙো-ইবেম্মা অনিনা ঈফু নাহুনা শাখ্রৈ, সনাগী থম্বাল শাংলি। ওইগী খোম ময়ুংদা থুংনা শাম্বা ফংজবদি মী শিএ; ওইগী খোম-লেন চৌং বোএ, প্যাংংগা গুরুগা থুম্বি। মফম অমদা লাংবুম কৌএ মিহুলগী নমিংনা 'মাধব' কৌএ। মাধব হায়বা মিহুল অহুনা থবাওলোমদা চংলবদি ওইথংবা চগোৎ মথারোমদা মিহুল অমা ফাওই, মহু ফাওরবদি মী শিএ।

খোংগী থুমিত্তা লৈবা মিহুলদি সংসং কৌএ। কময়াগী মিহুলদি তিলখোইয়া কৌএ, মহু মুংলবদি লৈমলেল খোংকুম্পা মৈকম মুংপা কৌএ। মানা মুংলবদি (লৈত্রবদি) খোংগী মিহুল মুংলি (মসি ওইদা লৈ)। ওইথংবা খোইদো মথাগী কময়াদা হুল্লিবা মিহুলগী মমিংদি স্নামহী লৈমলেল অনিনা লাংয়ুম ওই হায়বগীদমক অপগুা কৌএ।

থাঙ্গ পাকস চনিং কাওপ অনিদা হুল্লিবা মিহুলবু চুক কৌএ। য়েৎথংবা খোইদো মথা কময়াগা তাইনবা ময়াদা হুল্লিবা মিহুলদি লাংলেম্মা কৌএ কারননা ফাওরকপনি। খোইদো মথা থুদোল অনি মথাইদা হি য়াইগী লাইশঙ (মণী মন্দির) লৈ, মসি থুংনা লোকপা য়াদে। মচুদি সনা ফুদোংবগী মচুনি, মমিং-দি 'হোং' কৌবা গুরুনি। ইবেম্মগী মচুদি লুপানা ফুদোংবগী মচুনি. মওংদি হেঙোই পোরোবীগী মরোংনি। মমিংদি লেপতি লাইলেনপী কৌএ। মানা গুরুগা লোইনহুনা "মন্দির" গী মথাদা ময়ুং মরাক লম য়াথ্থে পাকপা লম ৫০ শাংবা মচুগী ময়ুংদা

ঈফু নাহুনা শাগ্নে। মহুগী মথাদা ঈগী পুল লৈ, মহু কায়রবদি ঈথোং কায়বা কৌএ। মহুগী মথাদা ঈশিং থোং লৈএ, ওইবংবা খোইদৌ এথা চেকয়াদা ফম্বা (কাম) গী তেংগোং লৈএ। য়েং থংবা খোইদৌ চেকয়াদা ঈগী তেংগোং লৈ। খোইদৌ চেকয়া নাকয়াদা মিহুল লৈ, মমিংদি থবা চেঙা য়ুহা কৌএ, মচু চুক মরিনি। খোইদৌদা হুম্বা মিহুলগী মমিংদি "টাইবংপান" (ব্রহ্মাণ্ড) কৌএ। মসি অহাম্বদা শাবা মিহুলনি, মিহুল অসিনা হুম্বা পুং ৮ লক য়ৈ।

নিপাকদগী অমা ওানা য়ৈরবদি তরেৎনি লৈরি হায়না থংনগনি। তরংতগী অমা ওানা য়ৈরবদি ৬ নি লৈরি হায়না থংনগনি। তরুকগী ১ ওানা য়ৈরবদি ৫ নি লৈরি হায়না থংনগনি। ৫ নিদগী অমা ওানা য়ৈরবদি ৪ নি লৈরি হায়না থংনগনি। মরিদগী অম ওানা য়ৈর দি হুমি লৈরি হায়না থ নগনি। অহুমগী অমা ওানা য়ৈরবদি নিনি লৈরি অহুম থ নগনি।

কাওরোইদবদি: ৮ ১২ তবাই পুংগম অহু ৭ না বৃত্তি কাবদন অমনা নাশোন ওইনা খুত্তা থংলবদি হুনিদাংদা অনাবা অহু কাউগনি [হেনজংকনি]। অহুগী নাশোন অমী য়াংনা থংলবদি য়ায়া কুপা শেরগনি। কবিরুষ্ম মকমদা লমথাদা থংথিগনি হায়বগী চিংবা লৈ। মতা তানাবুদি হুনিং হুন্নি লৈ। য়ৈরবা পুং অহু থোংচদ যায়না ডিং ডিং ডিং হায়না মরোল অহু কাংঅবদা হমনা অহু থাংদনা লম্ফ ঙাকুবদি শোইদনা লৈগনি। মহুদগী পুং অহুনা মিনিট ২/৩ কায়না ঙাইহন অহুনা হুম্বদা

অহিংদা থোকপা তারে হায়না থংনগনি।

খোমখাগী মিহুলগী বা হায়গে :— থবাক ময়াইদা হুন্নবদি মুংশিংনে অহুনা য়েংকী খোমখাগা ম'ন্নবদি হিংদরে। মথক ওইনা হায়গংনা হুন্নদি মিহুল নম্লে পংথরে। শেগ্রাকলোমদা হায়গংনা হুন্নবদি মীনা শাট থাদিন্নবনি ; চুম্না হাইথনা হুন্নবদি পোংশেং! (বাহু) নে। অহুগা য়েন্ডা হুন্নবদি অন্ডাংনে। চুবা অনিমক্তা হুন্নিবা মিহুল অনিদি য়েংনা শক্তিক্কে ওইনা থবা কৌএ। মসিনা নাপী নাবমদা মাংথিগনিএ। নাকম অনিমক্তা হুন্নিবা মিহুলদি য়েংনা ওকপু কৌএ; তাওজইরেল কৌএ। মহুনা ফুং ফুং কাওবগী পিশুম অনিমকী মরক্তা হুন্নিবা মিহুলদি ফুং—ফুং কাওগনি। মসিনা মিহুলগী খোংলেম্নে।

থবাকী মকুংগগী মথাইদা মিহুলনা ফুং ফুং কাওবনি। মহুবু থবাক্তা খুম্ভোংমাই কৌএ। শগদবা হুম্নি লৈরিবৈদা মহু কাওরকনি। ওইথংবা খোমখাগী মিহুল অহুনা মমু-লোমদ' চংশিন্না হুনগনি। মমিংদি "-বক্ষব" হায়না কনাগুম্বা ওঝানা খোল্লম্মী। মসিনা কাওবগা ওইথংবগা চংগাংক্তা কাওগানরে। থমোয়দা হরি কৈথেল তিন্নগনিএ, চেং থেবগুম নিক্কানরে। মসিগী মমিংস্মু কনাগুম্বা ওঝাশিংনা পদ্মামুখ হায়না খোল্লম্মী। খোইদোগী মথক্তা পুংজা থাইএ, মহুনা মৈরিবা মিহুল অহুদি ৮ লক মৈএ। নিপাল্লক মৈবদগী ১/২ তাথরকই, মহুন' তাথরমদাইদা খোইদো মথকী মিহুল অসিনা তরেংলক মৈরগা ৭ নি লৈরি থংও। ১/২ তান শিন্নরুবদি ফত্তে; ৬ লক মৈরবদি অনাবা অহু ৬ নি লৈরি থংও।

## শিবগী অকুপ্পা মিহুল

খোইদোঙ্গা হুল্লিবা মিহুলগী মখিংদি লমজিংবীবা শিনবা কোঞ। মহুনা ৫ মক হুন্নবদি মুখিং ৫ নি লৈএ কথা ঙমঞ। মরিমক হুন্নগা ৪ নি লৈএ কথা ঙমঞ। অহুম্মন হুন্নগা ৩ নি লৈরি কথা ঙমঞ। থুক থুক হাপ্পবা মরোল অহুনা চপ-চপ মান্নবা হুন্নবদি মুখিং হুন্নি শুবগী মুথক মতুংদা শিঞ।

অহাবদা 'থুক' হায়রুনা কন্না হুন্না মথং অহুনা শোম্বাংননা হুন্নগা মুখিং নিনিগী মুখিং মাথোং লোনবদা থোকঞ। অমনা কন্না হুন্নগা অমনা শোম্বাংনবদি ঙসি থোকঞ। চাক-ঈশিং ঙন্নো শোইয়রোই হায়রো। ওইথংবা কময়াগী হুল্লিবা মিহুল অহুগী মখিংদি তিলথোইবী কোঞ। মহুনা মাংলবদি মৈকম মুংপা কোঞ। নিপা ওইবগা মাগী অথিকম অহু মনুংদা চংশিনখিগনি; মহুম খাগী লৈমলেন খোংকুম্নম্ন কোঞ। মুপী ওইরবদি মৈকম মুংপা কোঞ মসিবু লৈমলেন খোংকুমা হায়নম্ন খংনৈ। খুজিং-খাগী মিহুল অসিনা মাংব্রবদি অনাবম্ন থম্ন রাবে। অহুনম্ন শি-বদি নত্তে, মখিংদি সংশা কোঞ। খুজেংগী মিহুল অসিনা মুঙুনা মহুংদা চংশিনম্নবদি খোংপুং তাবা কোঞ; অনাবা অহু য়ারবোইয়ে। মখিংদি খিলেম কন কোঞ। খুজেংগী মিহুলনা খুনিদো খজনিঞ; মহুদগী শেপ্রোক্তা খজনিঞ। মহুমগী থনুংদা চংলগা মতম লোয়রে। য়েৎথংবগী খোইদো ময়াদা মুখিংকী মৈকম (মুর্ধাকুণ্ড) লৈঞঃ মুখিং হায়বা মিহুল অহু থোকনিঞ। ওইথংবগী খোইদো ময়াদা খাগী মৈকম (চন্দ্র কুণ্ড) লৈঞ, খা হায়বা মিহুল অহু থোকনিঞ।

ওইথংবা কমদাদা নোং হৌরকনিএ। মুংশিংনা খাগী হকচাংদগী হৌরকনিএ। মহু লানঙবা (বীজর) কৌবা মুংশিং অহুনি। মী অহুগী চনিংদগী হৌরক্‌না তুখুল চরম মরীদা শিংকংলকনিএ। পুক অহু ওথা-ওথানা থাগৎলকনিয়ে, অহু য়ৌরবদি টাইবং মপু (ঈশ্বর) লোংথংলে হায়না খংও।

নিংসা (স্বর) না হোঃ হোঃ লাওনা হোল্লবদি শদো থোংবা কৌএ। শদো হোগ্নদগী নাতোল অসি শুঃ মুঃ লাওবা অমা য়াও-রল্লবদি স্বর (শোর) তাল অমা হাপচিল্লবনি। অহুগী মকুংদা থোং খুং খুদাং চিংনা হোল্লবদি থরাই মিরেল [ ব্রহ্ম ] ফুকপা কৌএ। মহুদা য়াহিপ শেমগদবনি ফি থাগদবনি অহুদগী পুথোক্লরদাইগী থোল্লাওনা লাওগনি। য়াকম অসিবু হৌজিক ফাওবা মৈতৈনা যাত্রা লাওবা হায়রগা থংনরি। ইহান হাথদা মৈতৈনা লাওরম্বা য়রোলমু শোইদনা ইমা লোলদা লৈফম থোকই অহুবু লম্মথাংদা শেমদোক্লম্বা পণ্ডিত, ব্রাহ্মন, নিংথৌনচিংবশিংগী শক্তিনা হৌজিক ফাওবদা পাক হেক কোকপা মুংপা য়াদহুনা লৈরি (চংনবা য়াওরি)।

মহুদি অস্নুম্মা লাওই :— মী অহুগী মমিং হায়রগা "প্রথম বৃন্দাবন যাত্রা হরি হরি বল" অস্নুম্মা লাওনৈ। অহুদগী মালোল মরাই য়ৌরগা মমিং হায়হুনা অমূক অস্নুম্মা লাওগনিএ। মহুদি "মধ্য বৃন্দাবন প্রাপ্তৌ বৈতরনী পার হরি হরি বল।" অস্নুম্মা লাওরবদগীদি শঙ অদ্‌ কোয়রগা মমুংদা পোথারগনি। মখুং অহু বৃন্দাদেবী ( উয়াং উহল ) 'তুলসী' পাইহনগনি। অদ্‌গা অমূক

মথংদা যাত্রা লাওগনি। মদুদি:— মমিং হায়রগা *"অন্তরঙ্গে, কৃষ্ণের রস প্রেম রতি রতি সিদ্ধি হরি হরি বোল।" অদুম্না লাওরে। খা ১/২ শুবা অতাংদৈদি মমিং অমা থোল্লগা "বৈষ্ণব মিলন ললিতার সঙ্গ চন্দ্র সিদ্ধি প্রাপ্তি হরি হরি বোল।" * অদুম্না মথংশিংনা লাওবা অসি হৌজিক ফাওবদা চংনরি। মসি মতি মৈতৈগী তাজিলতৈদগা চংনরকপা লোল অমত্তা নত্তে। অদুম্না মিহুলগী মমিংদস্ত সংস্কৃততা থোনজিল্লমলিবা অসিনচিংবা পুরমক অসি অমত্তুং মরু ওইনা বঙ্গালি লোলনা যাত্রা লাওরিবা অসি খিবিক অসে মৈতৈনা গৌড়ীয় ধর্ম্ম [বৈষ্ণব সম্প্রদায়] নত্রগা ধর্ম্ম অসি লৌখিবা মতাংদা চংনখিবনি। মসি শম্না হেক্তা হায়রগাদি নিংথৌগী মতক [শক্তি] ব্রাহ্মনগী [মতম অহুনী] শক্তিননি।

অসিগুম্ব নত্তনা হন্না হেন্না মৈতৈ লোলগী পুথৈদা অত্তোম্বা লোলশিং তিনশিল্লকখি। অদুবু মতমগী থোংলৈ মতুং ইন্না হৌজিকী মতমদা হায়গী 'গোসাইং'না অমসুং 'গুরু' ব্রাহ্মন' 'পণ্ডিত' নাচংখনা পুথোকপা অমদি হিন্দু ধর্ম্মগী ম্যানশিন তোংশিল্লরমলিব/ শিংজু মযালশিং অসি অথং অহৈশিংনা মচা থায়না অমদি মানা মানা পাম্বা মতুং ইন্না থ দোকপা য়াবা কথাসু থাদোক্লরে।

মতাং অসিদা লেখককী মরু ওইবা মতৌ মানা মানা অপাম্বা লৌবীরগা লোয়রে। তৌখদবু অচুম্ব ফজবগা মায়খদি কথৈ মী খুদিংমকস্ম মম্ব পাৱৈ।

"সাহিত্য" হায়বা অসিগী শব্দবদি মতমগী থোংলৈগী মতুং ইন্না অনৌ অনৌবা শব্দমদা ওবা মহৌশানি। কবীগুরু অসেম্বা

অকল্লবা লোল অমত্তনা মাগী মপক থংবা, থংহন্না ওইখোক্লবনি; থুদোংথিনা খোকপনি। তৌবক্তবু নাত্তে চাদবা মীনা তাবদা নোক্লিংগদবা মওংদা তৈশিন তোংশিল্লবা মওং কন্না অসিদি মচা তানা তানা থাইদোকপদি ঐখোয়স্মু পামজবনি।

মতাং অসিদা সংস্কৃত, বাঙলানচিংবা সাহিত্যবু হুম্বগী মা-কম মচেং অমত্তা মাওদে।

লেখক অমনা অস্থা হৈরম্মী:— "ইমা লোলগা সংস্কৃত লোলগা মপান্দা খেন্নবস্থ মপুংদা চেঁম্লনা বাখলগী ঈচেলদি অমত্তনি। বেদ, উপনিষদ্‌ত মাও'রবত্থস্থ নবুখো ইপুখোয়স্থ থংজনী। ঐগীনা হেন্লি, মখোয়গীনা বাংলিংদ হায়গন্থ। অচুপা অকবা মপক তবু লৌশিল্লবা হোৎনাস।"

## কময়াগী মিহুন

কময়া অনিমক্তী নাওয়াদা হুন্নিবা মিহুনদি হুমিৎ-চয়োল তরেৎ কৌএ। অমনা কন্না, অমনা পিক্না হুন্নপদি অনাবত্থ নিং-ঙাই তৌরে হায়বা থংও হায়রিবা মিহুপ অনি অহুনা মান্না পিক্লবদি অনাব। অন্থ মতম কুইনা নাইএ। মিহুন অসিনা চপ মান্ননা হুন্নবদি ফ-র। মিহুন অসিনা মখাদদি হঃ রঃ সঃ হায়বা মরেক অহুম অসিনা হুল্লে। শোরনঃ ে যস্থ মরেক অহুম অসিনা হোল্লে। অসিদগী নাম্ম মরোগ হেক কায়রবদা অনাবা নিংথাই লৈরে। অহুনা কায়রবদা খোম্থপদবা লাইমিংদি:— থাখোং লাইখোং মরমখোং অহুম্মক্তা শিংশিব মুংশিত্তি হয়ি কৌবা

ফুংশিংনে, আদ্ধি কৌবা নুংশিংনে, থৱাই মঙাম মপু নিগ্রাকন পুখৎপদি পুখৎকরোইগে এক ভিং স্বাবা হোঃ রেঃ। (অহুমক শোনপদবনি)। লরাই লেফ্দা অহুমক শোম্বাবদা খোইদো কাওবা মিহুল কারবদা মুশিং পুখনবনি থংও।

অতোপ্পা থাইনগী মৈতৈ ওবা অমগী মত্তা
"শিগনি শিরোই থংনবা মিহুল"

অনাবা কন্না নারবদি থুংকী মিহুলনা শাংনা থুনিং ম্রোনা হুন্নবদি শিএ। অদুগা খোইদোগী মিহুলনা তোইনা নমহুনা ক্ষলবদি শিগে হায়রবনি। অমনা অনাবা অহু লম ম্রোনা নারবদি—লুৎমগী লোইকমদা পায়হুনা য়েংউ। হুন্নবদি শিরে হায়বা থংউ অদুগা মিহুল নন্দা টৈথোক্লবদি কন্না হোৎনহৌরো। অনাবগী লুবা অহুরাই মঙাইরে। অসিনচিংবা

কপদবা মিহুল :— খোইদোগী মিহুলনা মপান থোকনা হুন্নবদি মরম চানা ম'র শুবিরগা কৈএ।

মুং নৈবগী মিহুল :— মিহুলনা চিংবা চিংনা মতুম ওইনা কারক্লবদি লমহুন মুং নৈরে। কমথোং ওইনা যৌরক্লবদি ঈশিং য়াকমনি হায়বা থংউ।

অনাবা লুরে লুদে থংনবা মিহুল

কময়াগী মিহুল অনিমক হৌরবদি থৱা নারবনি হায়না থংউ। য়েৎকী কমরানা পোম্বা অদুগা ওইগীনা পোমগ্রবদি চিন্নে; য়েৎবা

সনা মহীনে ওইনা গৈথরেগনে। নাকথগী মিহুলনা লৈথরেল খোঙ্‌ম্লবদি থজাই য়ৌবদা শিগনিএ।

## শিবগী মিহুল

য়েংনা চংখ্রবদি হিংবা হৌনদে, খোমথাগী মিহুলনা থজিন্দা কাপ্রবদি শিদে। থৌথবদা মতুনা য়াত্রবদি থুংগী তমহুনা শিবগী নতম পীয়ু। থুংগী মকৈ অমমম্লা পুং অমমল্লি। অহুপা চুপকী মিহুলনা নাকথগী মিহুল কাঈরবদি শঙ থিল্লগনু। অম্লুম্লা থংবগনি।

## থুজেংগী মিহুলগী শক্লোন অমা

লাইওক তিলওকপদদি হম্নং হন্দা চোংবনি। ফৈনা চোংলবদি মুংশিংনি; থুদোম্লোমদা ইম্না চোংলবদি শিল্লাইনি। কোইনা কৈঈইনা হুল্লবাদ হাওগী লাইনি। ফ্রং-ফ্রং হুল্লবদি অপুম্বানি, কৈল্লৈননা হুল্লবদি মীনা লাই থাজিবানি। অহুগা অহল্লক চোংলগা লেপ্লবদি পোংশেল্লনি; থুজেংগী ময়াইদা হুল্লবদি শিন্নবনি হায়বা থংগনি।

## হকচাংগী মথক কয়াংশিংদা লৈবা থুদিং তাকপা

হকচাংদি কিশা উতোংগুম্বনে লৈপাক, ঈশিং, মৈ, মুংশিং, অতিয়া মপ্তা অসিনা মী, লাই, হিংচাবা থরাই পাথা থৌবিকী লাইনি। মসিগী মথক থংনবা থৌবাইগী, কম্বীগী, মুংশিংকী মক থংবমু মাইবা কৌই। মসিগী মচৎ থংদনা শাবদি মাইবা কৌদে থরাইগী কাঈদোং মুংশিংকী কম্বী, ঈগী য়াকম, নিংলা শোরগী

মাতা থংবম্ মাইবা কৌট হে মী ও। ; হকচাংগী মখাকপু নোংদোল লাইরৈপাক (স্বর্গ) কৌই, মখাবু লৈমাই-লৈপাক (পৃথ্বী) কৌই। খোইদৌগী মখাবু লৈখা (পাতাল) কৌই হকচাংগী ময়াইদা লোম্বুং অহুম লৈরে অমনা "হস্তিনা" কৌই, অমনা "কামরূপ" কৌই, অমনা "পূর্ণ গীরী" কৌই। "ভানুমূল"দা 'হস্তিনা' লৈ, খোইদৌমক্তদনা কামরূপ লৈ। থবাক্তা মপু' ফাবা চীং (পূর্ণ গীরী) লৈএ। হকচাংগী ময়াইদা লুঃ ৩২ লৈবনে। আধার চক্রদা গৃষ্ম ঋতু লৈবনে। মথাই থংবা চক্র (মধ্যম চক্র) দানোংজুখা (বর্ষা ঋতু) লৈবনে 'অনাহত চক্র' দা শরদ ঋতু লৈ, বিশুদ্ধ চক্রদা শীত ঋতু লৈ। মণিপুর চক্রদা হেমন্তঋতু লৈ, ভানুমূলদা 'বসন্ত ঋতু' লৈ ঋগ বেদপু লৈ। খে ইদৌ মক [নাভীমূল] দা 'যজুর্ব্বেদ' লৈ; খোরী [কণ্ঠ] দা 'সামবেদ' লৈ। চীনদা 'অথর্ব্ববেদ লৈ, অসি খিবিকপু হকচাংদা লৈএ। হকচাং অসিদা থয়াই [আত্মা] গী কাম্নদোংফম ওইবনে।

থবাই [আত্মা] গী মচাওনি পরমাণু ২ না অমত্তা ওইবা অহুমুক্তনে। 'পরমাণু' কৌবদি "গণাক্ষরন্ধ্র" দা হুমিং মঙ্গাল চংবা পাইবা উফুল মরিক অহু অমবু কৌই। থবাই [আত্মা] অসুগী ইম্ফম হোংলবদা হকচাংগী অশিবা কৌরে। মাগী খোং-কাপ্পু চহি খুদিং থা খুদিং মাকথৈ খুদিংদা শেম্নজরগা ভাকচোও, নম্না পাম্বা হুমিং, থা, মাকথৈ অসি খিবিকপু চাম্না থংহনা থম-জরো। থার্তন অহুমক থংজরো, "উত্তরায়ন" কৌবদি মাঘ থাকচাং] দগী হৌবা। "দক্ষিনায়ন" কৌবদি শ্রাবনদগী হৌবা

অসিবু কৌএ। অমদি শুক্লা ১৫ বু উত্তরায়ন কৌএ, কৃষ্ণা ১৫ দি দক্ষিনায়ন কৌএ। নুংথিল [দিবা] বু উত্তরায়ন কৌএ, দক্ষিনায়নদি অহিং (রাত্রি) বু কৌএ।

উত্তরায়নদি 'যোগ' নি, দক্ষিনায়নদি তাইবংপান (সংসার)গী লম্বীনি। (১) অংশায়ু (২) স্ত্রীয়ায়ু (৩) পিতায়ু (৪) অজায়ু (৫) আয়ু। মতা অসি থংববু আত্মা থংলে অপুম্বা থংনৈ; মতা অসি থংবদা আত্মা থাত্রি 'বৈদ্য" কৌরোই। অসি লৈবনা মিহুলগী খোংকম থংদনমু মাইবা নরক তাই।

হকচাং খোং ৯ মকপু থিজিন্দুনা থবাই [ আত্মা ঈশ্বর ] বু থমোয় থম্বালগী মথাইদা লেংদনা থম্মু, হকচাং শিংলী থৈবিক-মুং 'চক্র' থৈবিকমুং থংনা থম্মু। হকচাংগী মনুংদা লৈবা শিংলী থংনবা হায়রগে :— শিংলী মশিংদি ১০৮ নি। অদুগী পুক্কিবা শিংলী ১০ না হকচাংগী খোরম পুরিয়ে।

অদুগী মমিংদি :— ইড়া, পিঙ্গলা, সুষুম্না, সুম্বিরা, হস্তি-জিবহা, পুরুষবেলা, অশ্বগান্ধি, অলম্বুষ, কুহু, শঙ্খিনী অমা অসিনি। মখোয় অসিনা থাংবা মফমদি :— য়েৎলমদা পিঙ্গলা লৈ, মদুদা যমুনা চেল্লি।

ওইরোমদা ইড়া লৈ, অদুদা গঙ্গা চেল্লি; ময়াইদনা সুষুম্না লৈ অদুদা 'স্বরস্বতী' চেল্লি। সুষুম্নাদা আত্ম শক্তিগী কন্বী ওই; পিঙ্গলানা চুমিংকৌ কন্বী ওই। ইড়াদা থাগী কন্বী ওই; ইড়া পিঙ্গলা সুষুম্নানা অমতা ওইনা কায়কনা পিতম অক্ষিমকী মায়কা

থাংবনে। অমুনু 'ত্রিবেনী তীর্থ' কৌএ।

তাইগী মিত্তা গঙ্গাবিনা থাংবনে, য়েংকী মিত্তা হস্তীজিবহানা থাংবনে। য়েংকী নাকোংদা 'পুরুষবেলা' না থাংবনে; চিন্দা অলম্বুষানা থাংগনে। কোক্তা সম্বীনীনা থাংবনে, পুরুষদা কুহুনা থাংবনে অমুম্না থংও। অতৈদি মাগী মাগী খোইরমগী মতুং ইন্না কৌনখিবনে। অসি খিবিক্তগী লুচিংবনা "কুণ্ডলিনী" কৌএ, অমুমনি হায়বগীদমক 'শুষুম্না' কৌএ। মাদি অরুবা অমনে, মৈতৈ লোন্দদি খোইরিতিং কৌএ। মানা চক্র খুদিংদা শোক্লা চংলিবনে, পুদ্মোষদা শিংলৌ ৪ না হকচাং পুরিএ। মখি মবদিহা ইড়া, পিঙ্গলা, সুষুম্না অহুম্বকী মথাদা লুপা লৈবা 'শুষুম্না' কৌবা শিংলৌ কা মরিমক্লে থংও। নঙ্গল অনি হায়বদি 'সুম্না' সুঙ্গলাকা" অনিমক্লে, অনি অসিনা য়েংতা মাংগী মম্নাইদা চপ মান্নবা লৈবনে। শিংলৌ সুম্না হায়বদি নারবদা তাকপীবা শিংলৌ ৬ অহুনি, অদগী মমিং লুচিংবা ইড়া, পিঙ্গলা, সুষুম্না অহুমনে সুস্থিরা, চঞ্চলা, মধ্যনে তরুক অসিনে। মসিদা সুম্নাগা শৃঙ্গলা গা, শুষুম্না অহুম্নক হাপ্নগা মাপল শুবনে। ইড়া, পিঙ্গলা, সুষুম্না, সুস্থিরা, চঞ্চলা মধ্য তরুক অসিনা পুরুষদা থাংবনে। অমুনগী কাখংখিবা মরিনা চিঙ্গামে, খৌরিনে, পিশুমে অহুম্বকা থাংবনে। পুরুষনে, খোইনে, থাজিনে, খৌচেংনে. লৈতোনে, লেন কুনে, লাইপক্লে. নাথাংনে পিশুম অনিমক্লে, নাকোং অনিমকনে. মিং অনিনে; নাতোনে, খুং অনিনে, খোং অনিনে পুম্নমক অসি শোক্লা লৈএ থংও। নঙ্গলগীদি সুম্নানে, শৃঙ্খলানে অনিনা

খ্বাংদা থংএ। খ্বাংদগী শিংলী অমনা মথাই মথাই পুরক্লুনা ৫/৫ য়েং ওই অনিমক্তা ১০০/১০০ য়েংব-ক্তোংবনা কুমথিল্লনা থোক্নাং তরামক্তা থাংবনে খংও। পুক্কী শিংলী ৪ মক্তি থোইদোনা থাংবনে, থোংদি আত্মাগী কখ্বানে খংও। শিংলী ৪ মকী কম্বীগী মক্লদি পুক্কদা থাংবনে, অহুদগী কাখংবিক্তুনা লেফ্লুদা থাংবনে। নঙন্দগী শিংলী অনিদি মক্লদি মনুং মৈরোংদা থাংবনে, মাতোন্দগী শিংলী ২ মক্তো অহুনা নাক্লল ২ মক্তা মতুং ইগা অমরক লাক্লুনা খমোর খজিন্দা থাংপনে। য়েংকী নাক্লমদা থাংলিবা শিংলী পুক্কব বেলানা কুমথরক্লুনা য়েংকী থোংবীগী খুচিংখা অনিদা থাংবনে। ওইগী নাক্লমদা থাংলিবা ‘অশ্বগন্ধ’ কৌবা শিংলীনা কুমক্লুনা ওইগী থোংগী খুম্নিংথাদা থাংপনে, খংও। হৌজিক্তি হকচাংগী মনুংদা লৈবা মুংশিংকী মা হায়গে। —

তরামকী মমিংদি :— প্রান, অপান, সমান, উদান, ব্যান, নাগ, কূর্ম, কৃকর, দেবদত্ত, ধনঞ্জয় তরা অসিগী মুংশিং মমম হায়গে : প্রানদি মথক্তোমদদা লিংকংলি। অপানদি মখা-রোমদা লিংথৈরে, ব্যানদি হকচাং মপুং পুম্বা লিংত্তুনা লোইহল্লি। কংহখা, কোনশিন্বা, তিংথোকপা মাইহল্লি। সমানদি অচিক অশা পাংথক মায়হল্লি, মিংয়েং মায়হল্লি। চাখবা থকখিবা খিবিক [হকচাংপুম্বা] মায়না শিন্বা থুংনা য়েল্লি। উদানদি মিং অনি ওনথকপা, লোক্লা নাহনবা, মুংশিং কাহন্বা তৌহল্লি, মিংখা হৌ-হল্লি, কোকচিকপা, কোক তাওবা তৌহল্লি। নাগদি হাওখি থদ-হল্লি; তু-চুংহল্লি। কৃকরদি চানিং থক্লিংহল্লি। ওইরোমগী শিংলী

ইড়াগা পুক্লিং (মন) গা কুক্কা অহুম তিন্নরগা চাক লাম্বহল্লি। য়েংলোমগী শিংলৌ পিঙ্গলাগা পুক্লিংগা "কৃক" কা অহুমক তিন্নরগা ঈশিং খোয়াংথল্লি। কুর্ম্মদি তুম্লিংখল্লি। যাত্রাগী শিংলৌ সুষুম্নাগা পুক্লিংগা কুর্ম্মগা তিন্নরগা মিকপ থোকহল্লি। 'দেবদত্ত' না হকাম চলহল্লি, নোকহল্লি। ধনঞ্জয়দি শিরবামক্তদা থাদোক্কে। মধ্য কোৎবা শিংলৌগা পুক্লিংগা থম্নাইগ তিন্নরগা ইতিন্ননিংবা (সম্ভোগ)গী অপাম্বা কাওরকই। 'সুস্থিরা' কোৎবা শিংলৌগা পুক্লিং (মন) গা সমানগা অহুম তিন্নরগা হাপুন অমবা থোকপনে। হৌজিক্তি চক্রগী মা হায়গে :— পিশুম ২ নে, খোয়িনে, থবাক্কে, থমোয়নে, খোইদোৎনে, শোঙ থোংনে মকম ৬ মক অসিদা চক্র তরুক লৈ-বনে থংও। তরুক অসি মাগী মাগী মথোংগী মতুং ইন্না মমিং ২/২ তৌইয়ে।

শোঙ থোংদা লৈবা চক্রদি মূলাধর হায়না কৌএ, "আধার চক্র" হায়নসু কৌএ। খোইদা লৈব চক্রগী মমিংদি 'স্বধিষ্ঠান' হায়না কৌএ, মহৌ 'মধ্যম চক্র' হায়নসু কৌএ। থবাক্তা লৈবা চক্রগী মমিংদি "মনিপুর চক্র" কৌএ "পুষ্প বস্তি" সু কৌএ। অসি খিবিকী মথক্তা লৈবা চক্রগী মমিংদি 'অনাহত' হায়না কৌএ "বক্ষরি" হায়নসু কৌএ। নাথাংদা লৈবা চক্রগী মমিংদি 'অবাক' কৌএ 'অলাত চক্র' সু কৌএ। চক্রমক অহুদা থম্বাল ৬ হোৎরি। "অধার চক্র" গী মথক্তা লৈবা থম্বালদি মকা মরি তৌইয়ে, মনাগী মচুনে। থম্বাল অদুগী ময়োল্দা লৈগী মকোয় লৈরে, মৈ অদুগী ময়াইদা মৈমক অহুবু হেন্না শাবা "বেদ ব্রহ্ম" গী মথক্তা লৈএ।

"মধ্যম চক্র" গী ময়াইদা হোৌবা থম্বালদি মকা ১০ শুইএ; মকা ৪ দি খুম্না লৈরে। মচু মকা ৬ নি হাম্নমচু থংউ, মচু অশংবনে। থম্বাল অহূগী ময়োক্তা ঈশিংগী মংকোম লৈএ। মহূদা সমান কৌবা ফুংশিংনা কোয়রিএ।

"মনিপুর চক্র" গী ময়াইদা হোৌবা থম্বালদি মকা ১২ শুইয়ে, মচুদি ভাংএ। মহূদা 'প্রান' কৌবা ফুংশিংনা কোইরিয়ে; অহূগী ময়োক্তা মুমিংকী মকোম লৈয়ে। 'বৈখরী চক্র' গী ময়াইদা হোৌবা থম্বালদি মকা ১৬ নি, মচুদি তাম্ব থঙোংগী অংচাবা মচু অহূনি। অহূগী ময়োক্তা থাগী মকোম লৈএ। অহূদা 'উদান' কৌবা ফুংশিংনা কোয়রিএ। হকচাংগী মচু খোক্নবা মফম্নে থংও।

'অদাক্ষ্য' কৌবা চক্রগী ময়াইদা হোৌবা থম্বালদি মকা অনিনে, মচুদি নোংথাং মচুনে, অশংবনে। অহূদা 'পর-হংস' কৌবা ফুংশিংনা লৈবনে, চক্র খিদিংকী মথক্তা "অনাহত" কৌবা চক্র লৈবনে। অহূদা হোৌবা থম্বালদি মকা নিপালনি, মচুদি সনা ফু দোংবগী মচুনি। 'পরমাত্মা' গী ফম্নীনি থংও। মফমদি:— থজিন্নে, কৌরিবে আনন্দকী মরক্তা লৈবনে। ইড়া শিংলৌনা 'আধার চক্র'গী মথক্তা শোক্না চংপনে। পিঙ্গলানা 'স্বধিস্থান চক্র' শোক্না চংপনে। সুষুম্না কৌবা শিংলৌনা 'মনিপুর' কৌবা শিংলৌবু শোক্না চংপনে। সুস্থিরা কৌবা শিংলৌনা "অনাহত" কৌবা চক্রবু শোক্না চংপনে। "মধ্য" কৌবা শিংলৌনা "অদাক্ষ্য" কৌবা চক্রবু শোক্না চংপনে। শিংলৌ খিদিংকুং খোইদা 'তম্বনে, খোইগী য়েংশোমদা খুদোল অহূম মথাইদা বীর্য্যগী মফমনে। বীর্য্যগী য়েংলোন্দা খুংগী অমা

লাপ্পা লাইশিংগী য়াংশম লৈবনে। খোইগী ওইরোমদা খুদোল ও লাপ্পা চক্রম লৈবনে। চক্রমগী ওইরোমদা খুপী অমা লাপ্পনা থোংশিংকী য়াকখনে থংও। খোইগী মথাংদা খুদোল অহুম মথাম দা, শিংলৌগী ময়াইদা মিহুল অমা লৈবনে। অহুমগী মথক্তা খুদোল অহুমদা মিহুল অমা লৈবনে। মিহুল অনিমক অসিনা খোইদৌ পুন্নিবনে। খোইদোংগী মিহুল অনিগা অহুম অসি থুংলবদি থবাই থংবা কৌরে। অহুম অসিদা মথেক অহুম লৈবনে, 'জ্ঞান' নে 'বুদ্ধি' নে অনিমক্তা লৈবদি খোইদগী খুদোল দা জ্ঞাননা লৈবনে। খোইগী খুদোল ৫ দা বুদ্ধিনা লৈবনে। * শিংখানা লৈবদি খোইদগী খুদোল অহুমদা ওনথংলগা লৈবনে। মী কত্তবা ওইরংবদি কাখৎনা লৈবনে, অকবা মীদি মকমদা লেংদনা লৈবনে। শিরবদি কায়দনা কুয়প্পা অহুগা খুংশাবীগা ত্রিময়রে-লৈবরে। খুংশাবীদি ওত্নী খোমঙ্‌ নথকলোমদা কারম্বা লৈএ। লৈদি ওইগী শদোল মপুংদা লৈবনে, ফিরাঙ্গ থম্বালগী মপুংদা লৈবনে অহুব লৈস্ত্র কৌএ। থমোম থম্বালগী ওইরোমদা ( নাকফলগী মপুংদা ) ঈগী মকম লেবনে। হকচাংগী মকম পুম্নমক্তা 'পঞ্চভূং আত্মা' কৌবা লাই মত্তাংকী মপক্তা চংলিবনে। 'পঞ্চভূং আত্মা' কৌবা লাইদি:— অতিয়ানে, মুংশিংনে, মৈনে, ঈশিংনে, লৈপাক্নে মত্তা মক অসিনে। পঞ্চভূং মত্তা পঞ্চ 'মৃথক্তা' ওয়া হকচাং কায়াং

---

* শিংখানী 'লকম অসি Dissection না য়েংবদা থংবগা মাময়ে, Mythology গী করম্বা মিংয়েংদা হায়রম্বনো লৈনবীম ॥

তরামাখোই (একাদশ ইন্দ্রিয়)। মায়ানে, মহৎনে, অহঙ্কার, নে ও অসিগা পোৎশক ২৪ গা অসিনা তিন্নগা হকচাং কোওএ। হকচাং অসিবু "অধীভূত" হায়না কোওএ। "অধ্যাত্মিক" কৌবা অদুবু নোংদম্বা লাইনি, অদুবু 'অধীদেব" কৌওএ। 'অধীদেব" কৌবদি অহাণ্বা লাই মুনিং মতুংদা লেংদনা লৈবা 'পরমাত্মা' বু হায়বনে। 'অধীভূৎ' কোবদি শত্নাই মিরেল (পরমাত্মা) গী কথো (মায়া) পঞ্চত্ত্ববু কৌবনে "অধ্যাত্ম" কৌবদি "জিবাত্মা" বু কৌবনে; জীবাত্মাবু 'পরা প্রকৃতি' কোএ। পরা প্রকৃতি কৌবদি 'চৈতন্য সদা শিববু' কৌএ।

'পরা প্রকৃতি' দগী 'অপরা প্রকৃতি" অমা থোকখিয়ে। "অপরা প্রকৃতি" কৌবদি প্রকৃতি ৮ বু কৌএ প্রকৃতি নিপাল কৌবদি লৈপাক, ঈশি., মৈ, নুংশিং, খোঙ্গাক-খোঙ্গেশনে, পুক্নিং নে, লৌশিং ( বুদ্ধি ) নে. "অহঙ্কারনে" নিপাল অসিবু প্রকৃতি (মহৌশা কৌবনে। অসিবু লৈংদনা হকচাং অসিবু চংনবা মকম ওইরিয়ে (ফমী ওইয়ে)। হকচাং কায়াৎ (ইন্দ্রিয়) তরামাখোই-মক্না মরা ওইদুনা হকচাংবু ঙাক্লিয়ে। সত্ত রজ: তম: গুন অহুম অসিনা মক ওইনা ধর্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ মরি অসিনা "রস" ওই। নুংশিৎ তরামক্না মনা ওই, অমা হুংতাই (সুখ, দুখ) অনীনা মহৈ ওই। "ধাতু" তরেংমক্না কুয়োম ওই। উন, শিং তাকমক্না চক্র তরুকমক্তা লৈবা মিহুল হিংনবা খুদম ওইরিএ।

অসিগুম্বা হকচাংদা জীবাত্ম, পরমাত্মা অনিমক্না তাম্নু থজোৎ অনিমক্না মশক ওইদুনা কায়দোংলিবনে। অনিমক্না থোকখিনবা

থোং মাপল লৈবনে; থোং মাপল কৌবদি মিং অনিনে, চিরে, কোক্রে, খুং অনিনে, খোং অনিনে, অঙুপ্পা থোং, মৌজথোংনে, পূকযনে লৈথোরে অসিনে। থোং মাপলমক অসিবু লোয়বা শিংলৌ মাপলনা লোরিবনে। শিংগী অহুদা নাপা লাইথুং মতৌবু খংনা ভন্মু। লাইথুং চাম্মনিপালনে, শিংগী চম্মনিপালনে; থবাই মতাংনে। থবাই মতামক্তা কপোদি য়েংবা থুমিংতা লৈবনে। থবাই (প্রান) গী কপোদি অনিমক অসিনে। ওইগী মিংতা জীবনা লৈএ। মকম অমদি ওইগা থুমিংতা লৈবনে। "জীব" বু মি কৌএ, থবাই মি অনিমক্তা চকমনদি খাৰীবা 'প্রান' অমা লৈবনে। মকম মতা অসিদা প্রান মতামক্তা ফগীনে খংও। মকম মতা অসি দা থুরম য়েংনবা অচেৎপনে। মচা অসিদগী থোইনা চেৎপদি 'ওহায়া' কৌবা শি লৌনে। মতামক্তা কপা লেনবু য়ানা ওইরিএ, ওহায়া মহাক শোক্লা নারবদি বৈদোনোংদা হিংজবনে খংও। হকচাংগী মমুংদা লৈবা লায়থুং চাম্মনিপালদগী লায়থুং তরেৎনা লুচিবনে। মমিংদি 'বিষ' কৌবা অমা, 'তপ্ত' কৌবা অমা, 'শীত' কৌবা অমা, 'রক্ত' কৌবা অমা, 'কফ' কৌবা অমা, 'সত্ব' কৌবা অমা, সন্ধি কৌবা অমা তরেৎ অসিনে। বিষ কৌবা লায়নাদি ঈনা পাখত্রুনা নারিবা অদুবু 'বিষ' কৌএ। শানা নারিবা খিবৌকপু 'তপ্ত' কৌএ। থবাক্তা লোক্লা তৌরিবা নারিবা (লায়না) খিবৌকপু 'কফ' কৌএ। চিক্লা নিংথপ্পা নারিববু শীত কৌএ। ঈগী লায়থংনা নারিববু বাত রক্ত কৌএ। অচিক অপা য়ায়বা, নারিবা খিবৌকপু সারত কৌএ। লুপমদা তাং থুরিংদা চিক্লা

খোংনা নাম্নিবা অঙ্গুব 'সন্ধি' কৌএ। থরাই অনিমক্তা মাকুবৈ মুমিং কুম্ভামক্তা চংনা খোক্লা লৈবনে। থরাই মওামক্কে, আত্মানো পুম্নিনে, চহিনে পোংশক মরিমক অসিদি লেংকদে হায়বা থংও। খোইদৌদা মুংশিংনা মৈরবদি চাক চংত্রবনে থংও। খোইদৌমমুং-দা মৈরবদি অচিক অশা য়ায়না নারবনি।

ঈদা মুংশিংনা মৈরবদি ইপাইনা নারবনি থংও। 'জ্ঞান' নে বুদ্ধিনে অনিমক্তা মুংশিংনা মৈরবদি ইপাই কাবা, অপংবা য়াওনা নারবনি। সুষুম্নাদা মুংশিংনা মৈরবদি পোমথংনা নারবনে, মাদি অপোম্বগী মকনে। হোৎপনে, পেমে অনিমক্তা মুংশিংনা মৈরবদি অচিক অশা ওয়না নারবনে। মগী মাকম 'বীর্য্য'-গী মথাদা মুংশিংনা মৈরবদি মকম থুদিংদা অরাবা ফংলবনে থংও। মুংশিং এরাক্লা মেক্রবা ওইরে থংও। লায়না থংনা হিদাক মন্ত্র তৌগদবনে। মন্ত্রদ :— "ওঁ হোঁরেং রীঁ স্বহা. বিবায় ওঁ হোঁ মীং স্বহা। মীত। ওঁ থুং থুং তং স্বহা ভপু। ক্লীঁ ক্লীঁ ব্লৌং কং স্বহা মক্ত। মুং জুং জং স্বহা জরক। ওঁহ্রূঁ রোং হোং কং স্বহা বায়ুক। ওঁ মুং মুংজ্রৌঁ কং স্বহা।"

সন্ধি কৌবদি সুষুম্নাদা কৌবনে, মাগী মন্ত্রদি :— "ওঁ ব্লৌং রীঁ হরেঁ হেং জং জং জং স্বহা।" মন্ত্রসি থিবৌক্লা হিদাক মরম চাম্ম নিপাল মাওহুনা (লোয়ননা) লায়থুং তরেংতা শোন্নু থংউ।

অসি থিবৌক্লা মাক্রবদি শুক্রা কৌবা শিংলী শোক্লে হায়বা থংও। 'শুক্রা' শোক্লা নারবদি হকচাং মচু ওয়ে; হকচাং মনম

লাকএ থংও। শোরগী মনিন ’ছোরবনে, তিনচুম থাংনা তৌরবনে। থোং খুং অনিম্ন হোইনা হাম্না, লুম্না থানা, কংনা থুইনা. শানা চান্না, চিক্লা খোংনা তৌবনে। পুক্লিং মথেং ত:রবনে, ওনিংবনা লায়থুং ওইরবনে। মাগী খূদমদি খূং অনিমক্কে, খোং অনিনে, থমোয়নে, নাতোয়ে, ন'কোংনে মত্তারক অসিনে থংও। অসিদি গুহ্যম্নাবু শোক্লা নাবই খুত্তয়ে। মহাক্কী মমুংদা নাম্বদি করিবু হায়শিবনো, হিংলকতরবনে থংও। হে, মৌ অকবা! শিংও; গুহ্যম্নাদা নাম্বদি শিগববা চহী তরেং লৈরিংগুদগী হোৌরকপনে। চহী তরুক্তি হকচাং গায়াং ইন্দ্রি) তরামাথোইনে, মুংশিং ১০ নে শিংলী ১০ নে, মিহুল ৬ নে, থোং ৯ নে। মকম অসি থিবাক্তা 'পরমহংস' কৌবা নিংথৌ শিদবগী য়িক্কম হোংপদবা পাওবু 'গুহ্যম্না' মা থংকলি। চহী তরেংকী তরবা কুম অহুদগী মমুংদদি পাওজেল কংলবা মিকুপ [ক্ষণকম] খুদংদা লৈরিবা লাই থিবাক্লা য়িক্কম হোংশি হায়দুনা মথো মথো হৌরবদু মানা ওলাং–ওলাংনা হোংকয়োইবে হায়দুনা হকহনথিএ। অদুগা মহাক্কি মহাক্কী মচুনা খুমদুনা লৈবা 'কুণ্ডলীনী' কৌবা 'মহাশক্তি' গী মশক্লা ওইবী শিংলী অদুবু মানা লেংথোকথবে। 'কুণ্ডলীনী কৌবী মহাক্তি 'অধার চক্র' গী মথাদা "ক্ষিরদ সমুদ্র" লৈয়ে অহুদা পরমহংস কৌবা ব্রহ্মনা চাদু থজোং অশংবা, অতৌবা অনিমকী মশক ওইন শারিবিএ। অদুবু উপনি হায়দুনা অমমুং শারবগী ইপেম্না ক্ষিরদ সমুদ্রবু নমথাইদুনা পাথরক্কনি হারবগীদমক মহাক্কী মথেক্কা কোই-দুনা লৈরিএ (থশিয়ে)। অদুগা "মধ্যম চক্র" বু রেংওইননা

থংজরো। চহী তরুক্কী পাওজেলদি খুনমদগী হৌহুনা অতাংগী খোজেলগুম্মা অতাংগী হায়না কৌরক্লবদি চহী তরুক্কী পাওজেলনি হায়বা থংও। চহী মতাগী পাওজেলদি মুংশিং অপান কৌবনা কপাকপী হৌনা লুতোন ফ.ওবা উচিং বাচিংকী খোজেলগুম্মা তৌরকদবনে। খোজেল অমু তারবদা কপাক চোকপা হৌরবনে; চহী মতাগী পাওজেল লাক্লবনি হায়বসি থংজরো। চহী মরীগী পাওজেলদি "বলা" মুংশিংনা খবাকপী হৌরনা চিল খোংপাকপী হুই হায়বা খোজেলগুম্মা কৌরকপবনে। খোজেল অমু তারবদি ফিং কাইবা হৌবগনে; চহী মরীগী পাওজেল লাক্লে হায়বা মতাং অমুদা থংজরা। চহী অহুমগী পাওজেলদি ব্যান কৌবা মুংশিংনা নিংহৃপী হৌহুনা বাইপুগী খোজেলগুম্মা চেং চেং হায়না কৌরক্লমদি (অমু তারবদি) লুপমদা, শম খুদিংদা লেংলবনে। চহী অহুমগী পাওজেল লাক্লে হায়বা মতাং অমুদা থংজরো। চহী অনিগী পাওজেলদি লাইরেম্ব' নৈমলেন শীদবীনা "স্বাবীস্বাম" কৌবা চক্রগী মমু-দং ভক্তি লুপম তাম্না ওকপীগী খাজেলগুম্মা কৌরকদবনে। অং তারবদি নিংকুপ লেমা হৌরক্লে; মতু চহী অনিগী পাওজেলনি হায়বা থংও।

চহী অমগী পাওজেলদি "সমান" কৌবা মুংশিংনা মেংকী খোংজিল্লগী হৌহুনা 'স' গী খোংজিল্লগী হৌনা লেপুনা উচেক শরাগী খোজেলগুম্মা খেরা খেরা লাওনা কৌরকদবনে। অমু তারবদি পুক্লিং শুম্বজিনব্রবনে, হকচাং মশক ওল্লকলবনে! অমুখ তৌরবদি চহী অমগী পাওজেল লাকএ হায়বা থংজরো। চহী

তরেংকী চেল্লকপ, পাওজেল অসিনা মথং মথং অমুম্বা চেল্লকই। 'পরমহংস' কৌবা নিংথৌ খোজ্রকপা লোইরক্লে হায়বা থংজরো (কুমথৈ ফাওজ্রবদি)। থা তরেংকী পাওজেলদি লুতুং-লুবাই ক্লাও না চক্ চক্ লাওনা খোঞ্জেল চেনগদবনে। অদু তৌরবদি থা তরেংকী পাওজেলনি হায়বা থংও। থা তককী পাওজেলদি-লাইপকী মথাইদা চেং লাওবা খোঞ্জেলনা চেল্লকদবনে। অদু তারবদি থা তককী পাওজেলনি হায়বা থংজরো। থা মঙাগী পাওজেলদি চিঙাই লাগী মুংশাদা মচিন্না হেঃ হেঃ লাওবা খোঞ্জেলনা চল্লকদবনে। অদু তারবদি থা মঙাগী পাওজেলনি হায়বা থংজরো। থা মথাগী পাওজলদি খোনাওগী মতোল্লুং হৈঃ হৈঃ লাওবা খোঞ্জেলনা চেল্লকবদি [ মদু তারবদি ] থা মরী লৈরি হায়বা থংলো। থা অহুমগা পাওজেলদি থম্মোইদা ওকস্লরুট-গী খোঞ্জেলগী মতো ওইনা তারকনি। অদু ওইরবদি থা ম্মুঙ লৈরি হায়বা থংজরো। থা অনিগা পাওজেলদি নাকোংবা রা লাওবা খোঞ্জেল লাক্রবদি থা অনি লৈরি হায়বা থংজরো। থা অমগী পাওজেলদি পংকৌ কৌবা মুংশিংনা ফিমুংদগী হৌদুনা লোৎ ই লেপ্ক্ গা অনিগী মরক্তা 'হা হিং সং কি' হায়না খোঞ্জেল অসি তারবদি কুচ্ ওল্লবনে। নিংসা চাওরবনে, ওল্লাংলবনে, থা অমা লৈ হায়বা থংজরো। কুমিং ২১ নিদা চেল্লকপা পাওজেলদি লাক কৌবা মুংশিংনা "ঝক" তগী হৌবা খোংসানীগী মতোল্লা তোংদুদা থেঙ্গী খোঞ্জেল ওইনা তত্তনা তারবদ শৃঙ্খলাবে, সুষুম্নাবে শিংনা অনিমক লংবরবনে থংও অদু ওইরবদি

মুমিৎ কুনমংানি লৈ হায়বা থংজরো। মুমিৎ ১৫ নিগী পাও-জেলদি 'কৃক' কৌবা মুংশিংনা খৌরিদগী .হৌদুনা "নরনাম'গী (ইশাগী মিং ওইনা) খোঞ্জেল ওইনা কৌরকদবনে। মতু তার খদি ইড়া, পিঙ্গলা কৌবা শিংলী অনীমক লেংলবনে থংও। তরানিগী পাওজেলদি খোনাও মপাদা কু লাওবঃ খোজেলনা লাওরবদি খৌরী চিন্নক্রবনে; তথাপি লৈবি হায়বা থংজরো। মুমিৎ মপললনিগী পাওজেলদি "কূর্ম" কৌবা মুশিংনা খুঙ্গশাকী-দগী হৌনা ঙেং ঙেং হায়না কৌরকদবনে। অতু তারবদি নুপম খিবীক হন্দোক্রবনে খুংচা কাশরকদবনে থংও। মুমিৎ তরেৎনিগী পাওজেলদি 'মিরু' কৌব মুংশিংনা নাখাদা তোক-পগী খোঞ্জল ওইনা তারকদবনে। অতু তারবদি তরেৎনি লৈরী হায়বা থংও। চাক-ইশিং কাওবা মাঙ্গবনি হকচাং মন্নরবনে। মুমীৎ তরুকীগী পাওজেলদী পীগুম অনামকী মরক্তা মাবগী খোঞ্জেল ওইনা কৌরকদবনে। অতু তারবদা পীগুম শলাই শোক্রবনে, মুমিৎ ৬ নি লৈরী হায়বা থংজরো। মুমিৎ মঙানিগী পাওজেলদি "অপান" কৌবা মুংশিংনা খজিন্দগী হৌনা "রাহুকী" হায়বগুম তৌবা খোঞ্জেল তারবদী অনিগী ঙেং খন্দা লেপুনা কৌবগুম তারবদা পংশীরবনে. নাকোং মৈশিল্লবনে মঙানি লৈরী হায়বা থংজরো। মরীনিগী পাওজেলদী হাই লাওবা খোজেলনা কৌবগুম তারবদী ঈশিং মচু ওন্নবনে; মুমীৎ মরীনী লৈরী হায়বা থংও। মুমীৎ হুমীগীনা "দেবদত্ত" কৌবা মুংশীংনা নুতুংদগী হৌনা শরিক মোইবুংগী খোঞ্জেল ওইনা

কৌরক্কদবনে। অদু তারবাদি হুদ্রি লৈরা হায়বা থংগনি। মুমিৎ-কী পাণ্ডেজলাদ শক্তিক থোংনাবাগী মতোন্দা "অজনাম" না চেপ্লক্কদবনে। মত্তু তারবাদ খোঞ্জেপ শিরবনে, মীশং তেক্নোং কাঞ্জরবনে ; মুংশিং তেক্নোং মুন্নবনে থংও।

নোংমন্না পাণ্ডেজেনাদ 'কৃষ্ণ' কৌবা মুংশিংনা মাকমদগী হৌ-দুনা খেল লুফম থুম্নংদা আপ কৌবা লাইনা লাক্কুনা পরমহংসগী কুমৈ খোগংলে, লাইহাখিবীকম্নং মাময়া তিল্লরে। 'স' গী মনম লাক্লবনে থংও, অদুদা লাং শিবীশা ফমহোরে। হে. মপু ও। ঐখোয়না লৈ য়ব. য়ুক্ফম অাসবু মু.তাংতরে। লৈবা ওয়রোইএ, মপু শিলগা নংমু লেপবীরে নংহুং এঞ্জরগে। ঐখোয়মু অদুম তৌনা মহৌ মহৌমক ফম হৌরবদা তাইবংপাম্বগী মপুনা হায়রমএ :—
"হায়গম্ম মকম অাসপু থুংশিক্কে। অাসক্তবা মকমদা থুজদবনে, অমুম'দ শুরেবদা লাকহুমবা মগোম্ম পায়ুই। মাগী লৌচংনা চুম্লবদি ফংগনি, চুম্নদ্রবাদ ফংলোইএ ; অদুনা অমুক্তং হম্বগো।"

মহৌ মহৌরক অতুম থেমাঞ্জল্লে, মহুদা লাক খিবীকমুং অমুক্তা য়েংখিশি তায়ন্তনা "পতাল নগর" কৌবা পুলগী মহুংদা লৈবা "তলব্রহ্ম" কৌবা লাক 'প্রত্ন' কৌবা খুলগী মহুংদা লৈবা তারক্রুম কৌবা লাই অনিমক্ক'চংবা লাই অয়াম্বম্ম মাগী মাগী মকমদা অমরক হম্বখিবে। মতম অদুদগী হে, মীওইবশা। মাই মিং শেংতরো ; 'হরি' কোলোই শিংহুন তাকপা থংবা ওইরে। নিংবা থৈবীক তম্না তৌজরো, কোকুংবা তৌজহৌরো। তৌজহৌজবদি 'কাল' না শওনা থৌরি পায়হুনা তাইহুনা লৈবনা হানখিহুনা

লৌমদে ; মতম অহুদদি মোইবুংগী হায়বদি বাশিংগী, শরিরগী খোঙেসনবচিংবা তারবনে। শিংদো ইড়া, পিঙ্গলা, সুষুম্না অহুমদু "আধার চক্র" গী ময়াইদা হোৎবা সনা ফিগেগী মচু শাবা মর্দা মরীশুব। থম্বালগী ময়াইদা লৈবা "বেদ ব্রহ্ম" বু হাপ্লৌরে। মসি ব্রহ্মদি 'কোষ' অনিমক্তা মনুংদা ফুমিবা মাগী শগোল মুংশিংগী শিদবু তোংদুনা খোইদৌ ওয়াই হন্না লাক্কনবা "পুষ্পবতী চক্র" গী মনুংদা লৈবা মুংশিংকী মনুংদা ( মশেক্তা ) চংখরে। মাগী শগোল মুংশিং শিনবদি হি-য়াই চিখরা লৌগে হায়দুনা কুমঙ্গ। অদুগা "আধার চক্র" বু থুগাইদুনা হি-য়াই চিখবা ফিরৌ। খুৎনু-খুৎলাই বিবিকন্ন য়াই থাওনু থুগায়দুনা লৌখোকলে। থাও কৌবদি ঊশংনে. য়াই কৌবদি মুংশিংনে, খুৎনু-খুৎলাই কৌবদি থৈনে। তুংনবা কৌবদি পুম (কোষ) অনিনে। ঊশিংগী মুংশিংগা অনিমক্তি "স্বাধীস্থান" কৌবা 'চক্র'গী ময়াইদা লৈবা ঊশিংগী মনুংদা তিল্লুরে। শিংদো অহুমক্তা 'আধার চক্র' দা হৌরিবা থম্বালগী মরূবু চিং-ওনে। অদুগা থম্বাল ময়াইদা লৈরিবা থৈনা থৈরা চাওনা হৌরকলে।

থোংজাবেরা হেঃ হায়না খিং কুপ্পনা মাগী মকমদা চংখ্রকলে। অদুদা বুম্বিংকী মশেক্তা লোয়নন্না লৈরে, মতো অদি তৌরিবদি থৈগী খোঙেদ তারকলবনে; থবাকী তেঙ্খম কাখৎলগনে খংউ। 'আধার চক্র' গী থৈ অদুনা 'মধ্যম চক্র' বু খিনকাইদগে হায়দুনা চংখৎলকলে। অদুদা হৌরিবা থম্বাল অমখা মকা তাঁ তুঁবা অদুগী মরোম্বা লৈবা ঊশিংগী মকোয়দা তিগ্রবে। থেগা ঊশিংদা

অনিমক তিন্নরবদা চুংশিং শোকলে। অদুগা চুংশিং তরামত্তি অমত্তা ওইনা শিংলে। অদুগা 'মধ্যম চক্র' বু থুগায়রদুনা মৈনে, ঈশিংনে, চুংশিংনে অহুম্মক্তা মফম অদুদা অমত্তা ওইনা লৈনিম্নরে। অসুম তৌরকলবদি "মধ্যম চক্র" পুংজাও মনিল নাইরবনে। "অনাহত" কৌবা চক্রগী পুংস্ত পুং খন্দুনা লৈরগে। চুমিংকী মশেত্তি 'বিশুদ্ধ" চক্রগী মথাংদা লৈবা থাগা মথুংদা চংথরে, অদুগা মৈ ঈশিং চুংশিং অহুম্মক্তা "পুষপবত্তী" কৌবা চক্রবু থিজাইগে হায়দুনা চংখৎলকলে। চক্র অদুগী ময়াইদা হৌরবা খবাল অতাংবা মকা ১২ শুবা অদুগী ময়াইদা লৈবা চুমিংকী মকোয়বু শোকলুরে। মফম মৌরবদি হুশাগী ইমিংগী থোঙ্গেল তারবনে। "অনাহত চক্র" গী পুংস্ত খংলকপা (তারকলবনে)। ঈশ্বর হায়বা হককী মপুনা ময়েংলংলদ ঐয়বা পুংখরি তিং তিং লাওবা পুং খৎ অদুম শেংনা তারবনে। অদুগা মৈ ঈশিং চুংশিং লাই অহুম্মক্তি পুবপবত্তা কৌবা চক্রবু থুগায়রকদুনা কোজোল অহুমগী মশক ওইনা "বিশুদ্ধ চক্র" গী মথাইদা হৌরিবা খবাল তাদু খজোং অতৌবহুম্না তৌবা মকা তরাওন্নকথবা অদুগী মথোন্দা লৈবা 'অমৃত' থোমজিনা থাগী মথুংদা চংগকলে। অদু থৌরবদি অহুম অদুনা কোজোল মায় থোকপে, মতৌ অসুম তৌরবদি "ত্রিবেনী তীর্থ" দা ঈফুং কোজোল থোকলবনে খংউ। মতম অদুদা লৈমজেল শিদবাদি 'র' দা চংথরে।

'অ' দা অশিবা চংথরে 'র' গা 'অ' গা তিন্নরে॥ 'অ'না "পরমহংস" দা চংলদুনা "অগাত চক্র" গী মথাইদা লৈবনে খংও।

কোলোল মরিদগী অমদি "ব্রহ্মমন্ত্র" দা কাওথিয়ে, মাদি ইথয়গী মথৌনে। মাগী লম্বী অমদি ঙৈ খ্বাইনা চংঙমদে। "নির্গুণ" ওইবা 'পরংব্রহ্ম' হায়নবা মৈথৈগী ঊয়োক্পদি :— ঈছন তপী-রকপা কোলোল ঈছল পীবা 'গুরু' পাওতাক থংবদা চংজরগী ময়েক অছুম্বা — অমনা 'গুরু' ওইবা মীনিনা য়াকয়ৈ হি ওঁই। অহু মা থুমুক নৌ ওইদুনা হে তাইবং চংলৌকো অসি থংহনবীদি লৈরাই খুদিচন লাইজ ঈস্তুংদা 'হৌরাকপগুম লাকথিগনিকৌ। পাম্মুইদা! হে, মাওইবা।। পাম্মুইদা।।। মপোক থংদবনা হিরাকদৌরিকো। ময়েক অসি থংবনু লগতিক থংবা কৌঐ। খোমথাদা য়াত্তাবা, থজিন্দা য়াথোকপা হ: র: স: দা তোংবা, চাগৈ থকে হাংদবা মনীগী মচু মচুতনা থিন্না উনগী মিং উঙমদবা পুক্লিং শেংবা, ময়েক অছুমগী থোদাথোন থংবা, অমম অতান থবৌ, লিচং চুম্বা নমুনদি তাইবংনা লিক্লা উবগুমা লিক্লাগী মচুদা তোবা মনী" গী মচুগুমা নিংথিবনা তিম্ব। অজিগী অক্লা পিবা, ইবুঙোগী মাবু হ: র: স: গী মওং তাকপীবদগী ময়েক অছুম ওই হায়বদু তেংথাবৈ। মাগী হৈনা ইরবা, চিন্নস্তু নিংনবা, থৌইমুব মাখা তারবা, তাইবংনম্ব ফংঙমদবা; ইবুঙো মানা পীগম অনিগী মরক অশেংবা অরং পীবা, ঈয়ম অছুংগী তিরবা মকমবা লেংনা পাওদাক পিবা; লৈবা মতমদা ঐগী থোংকম থিদবনা ঐগী হৈনা ফুংইথা ফংওয়ে হায়বগী মওংগুম লৈ। অছুব উবদা তাইবংদদি থনথিদনবা ইচা-ইরল, লৌরী-ইথোল, সনা লুপা পামলক্পা মতম অহু য়োৎরুবদি হে, তাইবং! ঐনা ইবুঙো নং লৈ হায়বী

থংজরমলবদি নংবু থাগোম্লজবমগদবনি হায়না তেংথাজরকই । পিরাং চেম্বজে মতম অহুদা 'হ'রি' দি থুনগোই হনখ্রে । অসিগী মতুং ইন্না হরিনা থাদোকপা ফুংদা ঐনা তৌথিবা অক-কন্তগী মতুং ইন্না কালগী মশক ওইনা ঐগী লোয়ননা চংলু থারকপা চেংলৌ ঈশক থংদবা নংবদগী মথুত্তা থৌরী পাইহ্নুনা চংলকপা উবদা অকিবগা লোয়ননা অয়ুক হয়া হককী লমচৎ নিংশিংলক্লুনা কপলক্লে ।

হে ভাইবং । নংগা লোয়নজরকপা, থুজেং পাথনহ্নুনা লাক-মিন্নবা মরুপকী মশক ওইহ্নুনা, চারে, তুম্মে কোয়জরকপা থিদব-দগী মানা খমহুং কিকোই ওইদুনা চানদবা থোংবাল নাত্তা পেরেল হৈনা তাওজিং শাহ্নুনা পুথোক্কপনিকো । মাবু ওঙ্গা 'গুরু' গী নাত্তা কয়জহ্নুনা মাগী মমিং থংজগদবনি । মতম অহুদদি মানা 'কাল' ওইখ্রেদো ; থোঙ্গরীনা নাওফমচীং (দোলাই) ওইগদবনে। অহৈ অশিং অথংবনা অহুদগী থোইরেন কোনথিবনে ।

থংজমদবা মরমদগী মানা চংথিবা শুংহৌদে । হে ভাইবং । পংনা শান্তি হায়বদি অসিবুনে । লাই অহুমদি কোদোল অহুমগী মশক ওইহ্নুনা অতিয়াদা চংথি । 'স্বর্গ' হায়নৈ, অতিয়াগী লম্বীদি থৌরীনে, চিথানবে, নাত্তোয়ে, মিংনে, নাকোংনে মত্তা অসিনে । অথিকম, শৌচনা লৈথাদা চংপা থংনৈ ; মাবু 'নরক কৌনৈ । তিলগী কাংগী মপোকনি, মরম অহুনা ময়ুংদা চংপদি পায়দে । অথংথনা মথক্কদা চংপা নিংনৈয়ে ; 'নির্গুণ' গী লম্বীদা চংচবা তারে । হায়রিবা লাই অহুমদো অপানকমদা কমহ্নুনা 'নির্গুণ' গী

মতৌ ৱেংজহৌই, থংগা ভগহৌদে। অহুম অসিগী গুনদি সত্ত্ব রজঃ তমঃ গুন হায়না কৌঈ। অহুম অসিদি মৈতৈনা মঙাং, লুৱাং, খুমন কৌই। হিন্দু দর্শনিকশী য়াহৈদা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর হায়রগা থংনৈ। অম্বা যজুর্ব্বেদ, শ্যামবেদ, ঋাকপুহ থংনৈ। সামবেদদি ঈশৈনি, মৈতৈনঃ তেংথাবা হিকপলোল হায়রগা থংনৈ। যজুদি মৈতৈনা ঃ— লাইশী পাওতাক হায়রগা থংনরিবা অহুনি। ঋকতি অচুম্বা যেথে মশা মপুগী থোঙ্গল ইনবা হায়নরিবা অহু মঙাই অথর্ব্বদি সিমিপ কৌই; মৈতৈনা মখুৎ মশা হৈবা পী অসি না মথোর অসি "শব্দ ব্রহ্ম" কৌই। অসিনা হককী মহুংদা লৈরগা মৈ, ঈশিং, মুংশিং কৌই। মশক অসি ওই; মৈচাক অহুম অসিনা কংগ্রিবৈদা ইশাগী মিং (নিজ নাম) গী থোজেল লাকত্রিবৈদা ঈরু-মাইতাজরো; কি অহনবা হোংজহৌও, য়াহিপ কনা হিপচরো। নগাংদা নংনা থিংবৈ (মপুগী) তাজরো, ঈশৈ য়ারম নিংথিবা, লম্বী অচুম্বা থিজহৌরো। হায়বদি মচা পোকপাদি কৈ, পোক্তুবদি কত্তে। সংস্কৃতনা "বৈতরনী" হায়, মৈতৈগীদদি কল্লিবৈদা নশানা তৌরম্বা কওবা থৈবীক (পাপ) না শিরবদা —"নং কদায়দনো? 'পাপ' ঐখোয়বু নংনা তৌরমলগা চৎপা য়াদে; নশানা তৌরনি থাদোকপা য়াদে। হায়না কাই।" মহুবু কোরবা তৌগদবনি; মরম অসি লৈবনা মচা পোকপা কৈ হায়নরিবনি।

কনানা চুরিবু 'বৈতরনী' হায়, সংস্কৃত অমসুং মৈতৈলোল অনিমক্তা মসিবু য়াদে। চুরি লানবা ঊমদবনা তুরেল অচৌবা, পোংনচিংবা কনানা লানগনি হায়। অরিবা পুয়ানা ৱেত্তলীগদি

মাংখল্লা হুন্নেল ওইহল্লি। শন্না থোং শানবি হনাঙী মরোল, মচুক শাংবা শম অহুবু লৈরিগদ্রা ? শবা তাই হায়না চিংনল্লি। মৈমৈদা মুঙাগা অসিবু অমম্বা হায়; অমম্বুনা অঙাম্বা কৌই হায়রিম্নে অপাংল্লা। পুশি থংদনা পাম্বা শিদ লৈরি অসি কল্লি মাওরি মুলবা পুং আসি অমম্বা কৌই। অঙাম্বা হায়বদি ঐল্লা থংদবা অহুবু উহনবা, ঐন্না তৌবা মতুং -ইন্না ওইরবা হমিংল্লা থাগনা লায়দবগী পাওদা থংববু অঙাম্বা কৌই।

মহিং হুবদা মংদা উবগুম্মী হায়না তাকই। মংদা ঐবা পোৎপু ঐন্না পাম্নবা পুবা মাদগুম্বনি হায়না তাকপনা অহিং মুম্নবু অচাম্বা কৌনৈ। অঙৎথ্বা অসদগী কনা পোয়ননি, করি পুগ্ননি ? ঐ শিগনি থন্দবা অঙাম্বু অমম্বনি হায়না পুম্নাশিংল্লা হায়কপীরম্মী। হে মী ও!. মরম অসিনা মরূপ অকব থমজোও। নুংগী "ইষ্ট দেব" হায়বদি নংনা থংজবা নবুঙো কাওরগনু!, পুক্নিং লেংলগনু। অসিগী মতুংদা 'স' গী মনম লাক্লবা ইশামকী ইক্লিং (নিজ নাম) গা লাক্লবা মতম অহুদা চিন্না "হরে কৃষ্ণ" হায়বা মরুক অসিদি কাওগনু। 'হ' দি হকনি 'ম' দি থম্বাই (আম্বা) নি 'ক' দি মালেমনি। মালেমদি ইমানি অসিদা লৈবা থম্বাই পাম্বা থিবীকু অসিনা মাগী নাওয়োম্মুংদা লৈরি। থেবু অমম্নুং পুন্নানা মাকম অসিবু ওপায়না তাক্লি।

মরম অসিনা ভত্তনা শোল্লু, মসিদি অশেংবা মকনি জ্ঞানগী তত্বনি অমম্নুং "তত্ত তত্ব" শু কৌএ। মতাং অসিদা য়েনথাদা লৈবা মাইবা, থোংজিন মকমদা লৈবা মাইবা অসিদি চংলরোই।

বৈষ্ণ কৌবা মাইবা খুংচা ৫ দা তোংবা লাইগী মন্দির থংগ্রা 'বয়থেন' কৌবা মফম্ থংবা মহাক্লাচনদবনি।

হে মীও! মাইবনা অশিবা লাল্লি হায়বা কুবিগ্নিদ্রে? মহ্ থংদবনা মাইবনা লাল্লী হায়বনি। মাইবীনা চৎপা থাজগ্‌ তেল্লা, শা-ওানা চাহুনা শোক্তুনা লম্বোদা তুহনা শিরিবা করি হায়গনি। মখোয় অহনা লাল্লী পীগঙ্গা? বৈষ্ণনা চুয়বদি পাপ্পা উদবা অচুম্বন; থংবা আসদগী "নিরাকার" "সাকার" (মশক লৈ-তবা, লৈবা) হায়নবিবা গুন পুথা মানা পীবা মাদি গুন লৈতবা মওং পীবা মানা চংথিবা মফম্ বেদনগ্র, ধ্রুব হায়।

মৈতৈনা কানখোং থল্লাহ মিচাক (শুক) হায়নবা মাগী মথক্তা তোংহনা অগোই শাথিবা মচুদি মান্দেং খোইবী মচু ল্লেংকা মিংচৌনা তাবনা বৃন্দাবন; ওইগী মিংচৌনা তাননা নবদ্বীপ হায়। মৈতৈগী পুয়াদদি নবদ্বীপ হায়বদি মাগী মখোং তাকপীরর্বাদ মাগী হক অনৌবা অহুবু হেথা হক ফংলৈ, অহুবু নবদ্বীপ হায়না থহৈ।

বৃন্দাবন কৌবদি অগ্রাবা লৈতবা মাবু থাগোয়বা মনাইগ্রিংগা লোয়নহনা অবাবা লৈতবা পুক্লিং-চুথা মফম অহুবু "বৃন্দাবন" কৌনৈ। অহ্ থংবা মাচবা অহুবু "বৈষ্ণ নারায়ন" কৌই।

ময়েক অহুম অহুমা পুরিবা, অনিনা চিংশিল্লিবা অহুম অহুপা লোয়ননা তাকপা ইবুঙেঙা মাগী খোংনেৎকম তাকপ্রিয়া অহুনা বৈষ্ণনা মশক থংহম্বু হায়নবনি। মহ্ থংজবগি হায়রবে, মাইবা শাবদি হেত্রাদি নরক তাই হায়নরিবা মসি খোং তাকপীবা ওনবদগী হায়রনে। মরম অসিন খোংথাং খুদিংগী তাকপা

থিবি. মহুখি :— হান্নমান্নোইগা হে মীওইবশা। নশালা শাংকল তৌবৌওং, নিংতমহৌরোই। হবি, হন্না. হমুম অহুম থসি অচেংপনি, অসি খবেদা হংকৌ খিকৌও মী অকবশা। । পাম্ব ইকো মংগোকশে; ছুরি রী রী রী ।।ও।।

## অশম্বা মিহুন কাংলোল

অমাবা লাইওং লেপ্নদা মুংতাইনবা অশম্বা রা

থমোয়দগী হকচাংগী কায়াং শিনথুনা ঐ য়েংহোল্লিবা ঈগী উতোংশিংবু ঐ পুবা অচৌবা শিংলী কৌই। হায়ব্বিবা শিংলৌশিং অসি খোংলি অমমুং শৃং-শৃং নাল্লী। মরম অসিনা থমোয়গী থপ তোংবা থুদিংদা ঈগী চাং য়াম্না ঐ পুবা অচৌবা শিংলী উতোং দা লেই; মহুলা হায়ব্বিবা শিংলৌশিং অদু পোপথং চাওথংলকই (কাংবং-হাইগংলকই)। অদুম ওইবা কাংথং হাইগংপা অদুবু মিহুল হায়রগা থরৈ।

মিহুলগী খোংজেল :— মিহুন য়েংবদা অহাঘমতম্দা মিহুন গী খোংজেল (খোংথাং) য়েংনৈ। মহৌশানা পোথাবা মতমদা হকচাংদা "ওয়াক্‌জল" নম্নগা ঈগী চাং অহুক য়াম্না চংলিবা (দরকার ওইরিবা) অদু থমোয়না মিনট থুদিংগী ৭৫ রক থপ চোংলকপদা মপুং থাই।

অমহিক্তি ৭৫ রক চোংবসিদা পোংলম পুম্নমক অদু হকচাং শিন্না থোই, মহুগী মিনট থুদিংগী হকচাংদা চংবা য়াম্নগা (দরকার ওইরবা)।

তৌইওবসুং থমোয় চোংবগী মক ওইবা চংলিবা মতাক ওইরিবা থম্মোয়গী থবাইগী পাঙল (প্রাণ শক্তি) না শোধ হয়রক লবদা (মতম অহুদা) অহুদগী চোংবা থুদিংগী ওইনা ঈশা হয়-রবা (বাংলবা) চাংনা হকচাংদা থুংই মতম অহুদা থম্মোয়না ৭৫ দগী হেন্না খপ চোংবা তাররকই অমহিক্তি মতম অহুদা মহু ৮০—৯০ রক নত্রগা ১০,০ রক চোংবদা হকচাংগী মিনট থুদিংগী চংদবা য়াদবা অহুবু মপুং ফাওনবা ওই। থমোয়গী থবাই-মতম (প্রান শক্তি) না হয়রবদা মহু য়াম্না ঈথৌ লাংবগী মশক ওই-রকই মতম অহুদা পুক্ত। নত্রগা থিরিললা নত্রগা করিগুম্বা মথল অমগী ময়েং তাহনগী মরম ওইরক্লবদা থমোয়দা ঈথৌ লাংবগী মশক ওইরক্তুনা হেন্না চোংবা ওইরকই ৮মসুং মিহুলগী খোংথাং য়াম্না চাংবা ওইরকই। মরম অসিনা থমোয়গী থবাইগী পাঙল (শক্তি) না বাংপা মতম্না মতম অহুদা থমোয়দগী চোংবহ হেনগৎলী মহুল মিহুল খোংথাং কল্লি অহুদা অসুম্না কুপ্পনা অমসুং য়ানা চংলবা মিহুল অদুবু চুংশিংকী ওইবা মিহুল নত্রগা "গাতিক নাড়ী" হায়না থংনৈ।

তৌইওবসুং থমোয়গী থবাইগী পাঙল অদুনা নিংথিজনা কনা লৈবা মতম অহুদা অমসুং হকচাংদা খোং থারবগী (লৈগী) থবক কন্না য়ানা তৌরিবা হায়বদি হকচাংগী মৈ করিবা অহুবা হকচাংদা করিগুম্বা শাথিনা পোথা নত্রগা নাই লৈবগী মতৌ লৈরবা মত্রগা লাইহৌ লৈরবদা ওই (তৌই) মতম অহুদা করি-গীনো হায়রবু হকচাংদা আয়োজন য়াম্না অমসুং ঈশা দরকার ওই

মহুমা থম্মোয়দা হেন্না চোংবা তারকই মসিদগী মিহুলগী অথুবা (অমাংবা) থোংজেল ওই। অসিগুম্বা মথলগী অশাংবা অমম্বুং খোংকাপ কবা মিহুলনু ধৈগী (ঈগী) মিহুল হায়না কৌই।

করিগুম্বা হকচাং মমুংদা অকন্বা অনাবা অমা লৈরবা মত্রগা হকচাংগী মপাম্বোদা [হকচাংদা] শাথিবা অনাবা নত্রগা মহু লৈব-দগীমু অংহুতবা মতম অতুদা থম্মোয়গী থবাক্ত পাঙ্গল [প্রাণ শক্তি] কা হেন্না মমুং তাখরবদি মিহুলগী খোংথাং তপথৈ অসিগুম্বা Collapse কী শক্রোল থোংদোকপা [ খাকপা ] তম্বা থোংদোই হবা মিহুলবুমু মুংশিংকী মিহুল কৌই। মতৌ অমুম্না হকচাংগী মৈখৌ থোরম পিকথ হন্দরবদা নত্রগা হায়বদি হকচাংগী মৈ খো-রবদমু থম্মোয় চোংবা অমদি মিহুলগী খোংথাং তপথৈ মসিবুনা মৈগী মিহুল কৌই। তৌইগুম্বমুং, হকচাংগী মৈখৌ শোম্বনা মরম ওইহুনা হকচাংদা অমাংবা লৈরবা নত্রগা লোকী চাং হেন্না পুনসিন্দুনা লৈরবা অমদি লোক [ঈশিং] না খোইদোক হেন্দোক্না পুনসিন্দুনা লৈরবদা হকচাংদা করিগুম্বা লাঙ্গনা অমগী অকুপ্পা মহৌক [ জাম ] চংহনা মাগী মখৌ তৌরক্লবদা হায়বদি থুহুম চন-শিল্লক্লবদমু মহাকী ওন্ন-তৈনবদা লোক [ঈশিং] না থুহুম চনশি-ল্লক্লবদা লোক [ঈশিং] না নুচিংবা [হেখা] লাইহৌ হৌই, [ তৌই] মসিদা লোক নত্রগা ঈশিংনা থুহুম চন্নগী লাইওং [লক্ষন] শিংগা লোৎমনা মৈনা থম খজিক্লং কুপশিলবা [ থুহুম চবা ] ওইবদগী লাইহৌ লাংকপমু তৌই। লোক নত্রগা ঈশিনেচিংবা তিবা লাইহৌ অসিদা লাইহৌ লৈহুনমু মিহুলগী খোংথাং তপথৈ মসিবুমু

লোক [ঈশিং] গী লাইহৌ কোই।

মিহুনগী মৈশা [অশাবা]

অতোপ্পা বাক্ম অমনা মিহুনগী মৈশা লৈংনৈ। মতম অদুদা হকচাংদা হকচাংমুংগী মৈ অহু চপ চাবা মহৌশাগী চাংচত্নগী হেন্না কল্লবদি মদো মিহুন খোংথাং কয়তা নত্তে তৌইত্নবমুং অশাবা ঈনা মপুং ওইবদগী শাবত্ন শাই। মরম অসিনা অশাবা মিহুনবুস্ মৈগী মিহুন হায়না কৌই। হকচাংগী মৈ অসি মহৌশাগী ওইবা চাংদা হাত্নবদি চন্না তপ্পা লৈবা মতমদা মিহুনগী অশাবা অসিম্ন হৈ। মসিবু মৈগী ওইবা মিহুন কৌই। হকচাংগী থবাইগী পাজলনা মথেং তাবনা মরম ওইদুনা মক ওইনা হকচাংমুংগী মৈথৌ হন্থরবা অমস্নুং মিহুন অহু ইংবগী মতৌ ওই রবদি মহুম ওইবা ইংলবা মিহুনদুবু হুংশিংকী ওইবা মিহুন কৌই।

অহুমশুবদা মিহুনগী মপাজল লৈংনৈ। মিহুননা চোংথত্নুনা অহুগুম্না মপাজল অহুনা ঐখোয়গী খুদোংবা মতোম্না ফুই মহুবু মিহুনগী পাজল হায়রগা থংনৈ। অমনা থম্মোয় হায়রিবা পাজল অাসিদগী চোংবনি, অনিশুবদা চোংবা খুদিংগী ঈগী চাং অহুকী মতিক অপু অহায় [মথাং ওইবা] ঈ পুবা অচৌবা শিংলীশিংদা লংথোক্নকই মহুদা লৈথে, মিহুনগী মপাজল অসি। থম্মোয়গী শদোংনা মথেং তাবা মতমদা হকচাংদা লৈরিবা অকায়বা চুমদবু [দোষ] নত্রগা মপানথোংগী হুশিংনা মরম ওইদুনা মতমদুদা থম্মোয় অমম্নুং ঈ পুবা অচৌবা শিংলীশিংগী মশাগী ওইজবা থবাইগী

মপাঙ্গল অহু ময়েং ভাই। মতম অহুদা থম্মোই চোংবা অমদি মিহুল অনিমক অসি মপাঙ্গল লোইয়ে। অনাবা মী অহুগী ওপ-চিন চিংশিল্লকপগী ঈগী লুমথবা অহুম্থ হটৈ (পিকথৈ)। অসিগুবী শোল্লবী মিহুল অসিবু মুংশিংকী মিহুল (বাতিক নাড়ী) কৌই। হকচাংদা মৈগী থবক্কা কনথংলকপা মতম অহুদা হাৱবদি হকচাংগী মৈথৌ কনথংলকপদা অমদি হকচাংদা অাম্মাঙ্গনগী মথৌ (দরকার) থোইদোক্লা লৈরকলবদা থম্মোয়না চোংবা হেনগৎলি। মিহুলগী ময়াই খাংথংগ [হাইগংপা] কাংথবা [হাইথবা] অমম্মং মপাঙ্গল হেনগৎলি।

অসিগুম্বা মথলগী শাংনা লুম্থবী মপাঙ্গল লৈবী হত্তোইগী খোংথাং মাম্বী মিহুলবু মৈগী মিহুল কৌই। পুক্লি ময়াই চল্লবা মীগী মথক ওইনা হকচাং লোইং-চাওবা মীশিংদা মথোয় অহুনা চাক [চিক্কাক] হেম্না চাবা অহুপা হকচাংনা থবক ওবা নোঙ্গনা মাম্না হম্বনা তৌবা অহুগুম্বা হকচাংদা অমাংবা [অমোৎপা, ফত্তবা মচাক] নত্রগা ঈশিংগী অকাইবা মও [চুমদব', শেংদব'] কা হেৱা চাংদা পৈশিল্লী [তুংশিল্লী]। ঈদা ঈশিংগী অমোৎপা. [লোক] না থোইদোক হেন্দোকপা চাংদা পুনশিন-তুংশিল্লকলবদা ঈ পুৰা শিংলীশিং অমদি থম্মোয়দা থোইদোক্লা হেনগৎপা থরদং থোকপা অসিদি মহোশানি। মতৌ অহুম্না থম্মোয় অমদি ঈ পুৰা শিংলী শিংনা পৌথং চাওথংলকপদগী মিহুলগী মপাঙ্গল হেনগৎথা অসিবু ঈশিংগী খিহুল কৌই।

মীয়াই চল্লবা অমম্বং মসিদগী চহা হাম্বা মীশিংদা থম্মোয়

অমদি ঈ পুবা শিংলৌশিংগী থরাং পাঙ্গল [মন্ত্র] [প্রানশক্তি] হুম্বরবদা থম্মোয়গী থবক খনশিল্লকপনা মরম ওৎহুনা হকচাংগী শিংলী শয়োমনা কম্না অতংপা লৈত্তনা থবক তৌরবত্র ঈ পুবা অচৌবা শিংলৌশিংনা অতংপা লৈতনা চিংবা থপ্পা ওইরকপনা মিহুলগী পাঙ্গল অমন্থু' লুমথবা হেনগংলি । অসিগুম্বা মথলগী মিহুলগী থৌনা পাঙ্গল বেংগংপা অসিবু মুংশিংকী মিহুল হায়রগা থংনৈ ।

মিহুলগী ভপথবা মতৌ

থম্মোয়দগী ঈ পুহুনা হকচাং শিনথুংননা চেল্লৌবা অচৌবা শিংলৌন হাইগংলুকপগী মতুংদা ভাথ হাইথরক্তি ৈঙগী মমাংদা মিংকুপযুক্ং অহাংবা ভাপ্পা অমা লৈবা অদুবু মিহুলগী ভপথবা মতৌ নত্রগা মিহুলনা থাংবা হায়ন কৌই । মরমদি অসোমদদি থম্মোয়না মপাঙ্গল মথৌনা অদগা লোয়ননা ঈবু থম্মোয়দগী শনংদোক্লকপা শিংলী ( ঈ পুবা অচৌবা শিংলী ) শিংদা হুজিল্লকই অমরোমদনা থম্মোয়দগী ঈ পুহুনা শপোক্লিবা অচৌবা শিংলৌশিং অমদি অতোম্বা ঈ পুবা শিংলৌশিংগী ফল্লাংদা অরাং অহেন নাইবা অথিংবা লৈ । মরম অসিনা থম্মোয চো বা নত্রগা থম্মদগী থোক পা মিহুলগী ঈথক ঈপোম ভাইহাক্কং থাংত্তী । থম্মোয়দা থোইদোকনা হেনগংপা মতমদা, পৌরবা মহুদগী মতু মাম্না কম্না চোংলবা অমন্থুং অমরোমদা ঈ পুবা অচৌব শিংলৌশিং অমদি অতোম্বা ঈগী উভোং (শিংলী) শিংদা পৌবা (চাওবা) এইবগী অথিংবগী চাং হেনগংলবা নত্রগা কা হেম্না চাশিন থকভিবদগী ঈ পুবা

শিংলৌশিংদা ঈগী চাং হেন্নগৎলবদি মিহুনগী তপথবগী মতৌ মত্রগা মিহুননা থাংবা হেনগৎলি। অসিগুম্বা মথনগী তপথবী (অথাংবী) মিহুনবু লোক নত্রগা ঈশিংগী মিহুন হায়না কৌই।

মসিগী ওন্ন তৈনবদা করিগুম্বা থরাঃঈগী পান্জনা মরেং তাথ থনগী থম্মোয় শোন্নবা অমত্তুং লাইহৌনচিংবনা মরম ওইহনা ঈ পুবা শিংলৌশিংগী থরাইগী পান্জনস্ত্র হম্বরবা, মখোয় অহু চেংক-থরবদি মিহুনগী তপথবা মতৌ নত্রগা অহাংবা তাঙ্গা হন্থে (ব্রাম্মদে) অসিগুম্বা মথনগী তপথনা চংপী নত্রগা মমাই থকগী মিহুনবু চুংশিংকী মিহুন নত্রগা বাত্তিক নাড়ী কৌই।

মগুাতবদা মিহুননা হুনগৎলুহ্নগা হায়দরকপগী ফিতম ম্নেংনৈ। থম্মোয়না চিংশিন কোনশিনবা লোইবমক্তা শিংলৌনা হাইথরকই। তৌইগুবস্তুং থম্মোয়না গুপচিম্বা হেক লোইবগা মতম অহুদা থম্মোয়দা ঈগী অরুম্বা অহু হেক য়াংথৎনি অংদা থম্মোয়দগী চেম্মোক্লকপা অচৌবা ঈ পুবা শিংলৌশিংদা থুংলরিবা ঈ অহু তুং ওইনবা থম্মোয়গী মায়কৈদা চেম্বরকই। মহাক্কী তুংলোমদা হল্লক পমক্তদা হকচাং শিনথুংনা শন্নিবা থম্মোয়দগী চেম্মোক্লকপা অচৌবা শিংলৌগী কুয়োমহ থংহৌদনা কুপশিল্লী। অসিগুম্বা কুয়োম নত্রগা মথুম অসিদা ঈনা তুংলোমদা হল্লকপা অসিদা ঈগা অমুক থেং জিন্নবদগী ঈ পুবা অচৌবা থম্মোয়দগী পোক্লকপা শিংলৌশিংগা ইপোম ঈথক অমা ঈমোংনবা তত্তনা থোকই। মতুগী মরম হায় থমক্লৌবা মিহুন অহু অমুকস্ত হন্না থরদং কাংথৎ হায়গৎলি। হকচাং কাবা কিতমদা হায়রিবা ঈথক অসি অমুপকী মতিক কুম্নী (পিকই)

মহূদি খুৎচাশিংদা কংদে (কাওদে)। খুংলাই (যন্ত্র) গী মতেংভনা মশিবু থংবা [কংবা] ওম্মী। তৌইওবস্সু ঊ পুম্বিবা শিংলীশিংগী মথক্সাই মঙম [প্রান শক্তি] থোইদোক্সা হল্লবা মতমদা, মহূনা চোকথরবা, মহূদা অকস্থা [ভ'র] য়াম্না হল্লবা তৌইওবস্থং লাইহো লৈবনা মরম ওইহূনা থম্মোম অহূ য়াম্না কয়া চোংলবা ঊ পুম্বিবা শিংলীশিংনা চোকথবদগী হ মরিবা অপিকপা ঈথক ইপোম ওসি য়াম্না মরেক শেংনা কংবা ওম্মী। মসিদগী মিহুল খুদিংমক অনিয়ক হল্লী অমস্থং মিহুলগী থোংথাং অহু লিনগী থোংচেৎ [থোংথাং] গী মতৌওম্মী। মরম অ'সনা লিমগী থোংথাং ওইবী মিহুলবুস্থ মুং-শিংকী মিহুল কৌই।

## ঊগী লুমথবা চাং

শিংলী অনিগী মরক্তা [মধ্যাইদা] ঊ পুবা থম্মোয়দগী চেন্থো ক্লকপা অচৌবা শিংলীদা খুংচানা নম্মী অমহিক্তি শিংলী অনিগী চৈরক্তা ঊ পুবা অচৌবা শিংলীহূ কয়ম্না লৈবগে, তৌবগে হায়বস্থ য়েংবৈ। মহৌশানা থম্মোয়দগী ঊ পুবা শিংলী ঊতোং অসিদি থোং নোই মহাক্তি খুৎচাশিংনা নম্বদা থংদে। তৌইওবস্থং কা হেন্না চাশিন থকচিম্বদা হুকচাংনা থবক ইনথাং নোমলিক্ত্রবদা হুকচাংগী চৈ থোলবদগী থমস্থং মতম মুংশা'না ঊদা শেংলক্তবা [অমোংপা থাংলকপা] নত্রগা লোক ঊশিংগী অকায়বা শেংলক্তবা হেনম্নবদা মহুদগী ঊ চেল্লিবা শিংলী পুম্নমক থম্না চাওথৎ-নোই থংলকই। মহূনা খুংচাশিংদা যুরকপা চৈফু (Tension) হেন-গৎলকই। মসিদগী শিংলী অনিগী চৈরক্তা (মধ্যাইদা) ঊ পুবা

অচৌবা শিংলীবু কংগনি (কংই)। মহুবুস্ত লোক নত্রগা অযোংগা পোং নত্রগা কত্তবা ঈশিং পুবা শিংলৌ নত্রগা "কফ নাড়ী" কৌই।

মসিগী মতুংদা :— অহল ওইশিল্লকলত্তুনা থম্মোর অমসুং ঈ চেল্লিবা শিংলৌশিং অসিগী মহৌশাগী (মশাগী ওইরবা) মথনাই ওম [হিংবগী পাকল] অহুম্ব হুন্দ্রকই। মতম অহুদা অহুম ওই বা পৌথং চাওথংলবা ঈগী উত্তোং (শিংলৌ) শিং অমসুং অমসুং থম্মোয়দা পৌথং চাওথংপগী মহুত্তা য়াম্না শিগংননা অমসুং থুদোং রাইওং চাদনা (Steteriasis) হুবসি হেনগংলকই।

অসিগুম্বা কিত্তম অসিগা শিংলৌ অনিগী মরক্তা থম্মোয়দগী ঈ পুবা অচৌবা শিংলীনা অকন্বা [থরিংগা] তার [য়োংশিংওং] কী মত্তৌঙ্মা কংই। অমহিক্তি মহুগী অরুম্বা অহক্পা (Tension) অহু হেনগংলকই। অসিগুম্বা থুদোং চাদবা মিহুল অ'সবুম্ব হুং-শিংকী ওইবা মিহুল নত্রগা 'বাকিক নাড়ী" কৌই।

থুদোং চাদবা অরুবা নত্রগা মারবা মিহুল

তরেংত্তবদা মিহুল অসি মারবনি নত্রগা থুদোংচাদনা লুশিন্না হুঘনি হায়বা অসিনচিংবসি হেংনৈ॥ মহৌশাগী ওইনা মিহুল পুন্নমক্তা নিংশা হোম্বা মাঈ। মিহুলশিংগী চৈরক্তী খেন্নবা পুম মক অসিনচিংবম্ম মাঈ। করিগুম্বা মিহুলনা মত্তমগী মাংওইননা হাম্না হুন্নবা নত্রদা করি করিগুম্বা মিহুলনা মরক্তা মাংলবা, নত্রগা মিহুলশিং অহু অমগা অমগা মথক মথা খেন্নবা নত্রগা মিহুল [শিংলৌ] শিংগী মরক (চৈরক) কী খেন্নবা অত্থুম্ব পিকপা চাওবা নাইরবদি মহুবু থুদোং চাদবা [চয়েংনবী] মিহুল কৌই।

থম্মোয়গী মী হাজিল হাপচিল্লকফম (Sino auricular Node) কাওবা শিনথুংনবা শাদোং ওইনা পুথিবা শিংলী শরুম (Genetic tissue) শী য়শাশী ওইজবা থরাই পাজল (মতম প্রান শক্তি) না হুম্বরবদা মহুনা কংবা মীখো লাংবা ওইরবদা নত্রগা মহুনা হায়া শোকথরবা মরেং তাবা ওইরবদা অসিগুম্বা থুদোং চাদবাশং অসি থোরকই। মরম অসিনা চয়েংননা লুরবা মিহুলবু মুংশিংকী চিহুল নত্রগা "বাতিক নাড়ী" কৌই। মতৌ অমুম্বা মিহুল য়েংবা মতমদা মিহুলগী অয়াংবা (থুনা চৎপা), অশা বা, মপাজল, তপথবা মতৌ, অমদি মায়বা অমম্মুং লুনা নত্রগা চয়েং থোইদেংনবগী চাংয়েং [পরিক্ষা] তৌই।

লোইরে।

## লেখকী ষোংবোকদবা লাইরিকশিং।

১। উনশাদা পকপা লায়না লায়য়েংবা।
২। সুপী সুপাগী থাগী দৈ অমম্লুং অঙাং লাইরৈ চৎপা।
৩। ইচা-ঈচৌশিংবু মতিক ময়াই চেন্বা মী কয়ম্না ওইহনগনি?
৪। চহ্-হুজারোল (যু. পু. ল. মৈ. ২বা শরুক)।
৫। পাবীনা অনাবা পুন্নমক লাঙ্গয়েংবা।
৬। "ভিটামিন্স"
৭। অরাইবা মওংদা 'থাইসিস' কোকহন্বা।


অহানবা খুৎনম কোপি ১,০০০
তাং ১০ মে ১৯৭১

লেংশিনবীরকউ
থাইগীদমক—
শেগায়ম্বা লাইরিক লাইয়েংজরী।

বুক কার্যালয়দা
খোংমন মোইরাং পণ্ডিত লৈকাই
ইম্ফাল।